# কোন্নুং।।

শীতলজিৎ সিংহ

দি পুস্তক লাইব্রেরি লেংবমীনিং
মমল লুপা ৫'০০

কোঙবা
শীতলজিং সিংহ
কৈশামথোং, ইম্ফাল।





১বা কোঙ্বা ১৯৪৬ ইং
২শুবা কোঙ্বা ১৯৮৩ ইং

দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# কৈফিয়ৎ

ঐথোয়গী ইরোন্দা ওসি ফাওবা ৱারি-মচাগী লাইরিক অমফাওবা ফোংদ্রি। পত্রিকানচিংবদা অম-অনিথকময়ক মরক্তা মুন-মুনা মোংবদি ময়াওই। অদুবু মৈতৈ ঐথোয়না ৱারি পাযদবা জাতি অমনি হায়বদি য়াদে। লৈশেম্-মুংশেমগী ইবেনবোক-ইপুবোকখোইনা ফুঙ্গানাক্তা ফমদুনা মগু-মচাশিংদা ৱারি মচা মচা লিদুনা মতম লেনবা হাইবসি জগৎ অসিগী জাতি পুম্নমক্কী মরক্তা চৎনরক্লবা অমনি। অস্মুম অস্মুম তৌনরকপা অদুনা নহা-অহল পুম্নমক্কী পাবা য়ানবা ৱারি মচা ইনবা অতৈ-অতৈ জাংকীদি য়াম্না লৈনরে অদুগা য়াম্মু নিতিগী ইনদুনা ফোংনরি।

ৱারি মচা হাইবসি হৌজিক্কী মতমদা সমাজগী মরম্দা ইনবা মরমনা সাহিত্যগী অচৌবা শরুক অমা ওইরে।

ঐনা ইজরিবা অসিদা ৱারি-মচা মঙাখক য়াওরি। চে তাংবা মরম্না অদুগা খরচা য়াম্বা মরম্না ঐগী লৈজরিবা ৱারি মচা পুম্নমক পুল্লপ পুম্না ফোংবা ঙমজদরে। মথং মথং ওইনা ফোংজগে নিংজরি। লৈবাক্কী ইবুঙো ইবেম্মা ময়ামগী থৌজাল নঙনদি তোল্লবগী নিংজবা অসি থুংবা ঙম্বা নত্তে। অদুনা মতুং তাথবা ঙমনবা লাইরিক অসি অমমমতং লৈবিদুনা পাবিনবা হাইদুনা ময়াম পুম্নমক্তা নো-লুক্না খুরুমজরি। ইতি—

ইম্ফাল,

তাং ৮।৭।৪৬ ইং

লাইরিক লোখো

# কচ্চবা

৺নোংমাইথেম নিংঙোন জথোংসিজ দেবী—

পমেম-পোকপীগী খুৱাথাপ।

নত্তগী 'লৈকোন্-মুংদা' কচ্চরি।

---

# যুবতী

২৯ । ১ । ৪১ ইং

ইম্ফাল ।

**ঐহাক ভদ্র** পরিবার অমগী মচানি । থবক খুদিংমক্তা ইমুংগী মাই য়েংহুনা থবক তৌদবা য়াদে হাইহুনা ঐবু পোকপা পম্মৌনা শিন্নমদাইদা ইকোক্তা মাগী শোল্লহুনা নিক্লবা খুংনা নান্দুনা পাও-মেল্লম্মী । তাইবংপাল থাদোকলমদাইদা মেল্লম্বা পম্মৌগী ৱাহু ঙাক্লবা পুকনিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লম্মী, ঙাকস্নু ঙাক্লম্মী মতম খরদি । ইমা লুখ্রাবীনা য়োকতুনা জুগোৎ-চাদে হায়খিনিকো কিবনা থবক অশা তৌগে নিংলকপদা, ৱাহৈ অমতং হাইগে হাইনা চিন-কাংথোক্ল-কপদা মঙারক নো-লুক্না খন্দুনা তৌরম্মী । মহু উবদা মক্লপ-মপীজা-শিংনা 'নংসিদি' হাইনা চৈরম্মী । অতুগা মখোইনা চৈবহু তারবস্নু ঐনা তৌরুবা থবক্তা ইমুং-মনুংগী মাইদা কালি তৈবদি নোংমতস্নু থোকহল্লমদে ।

মতৌ অস্নুম তৌহুনা ঐগীনা চহি কুন শুরকপা মতম ফাওবা অহু ইপানা ঐখোইবু থাদোক্লম্বা চহি মরি শুরবা ফাওবা ইকাই-ইকি মতম লেপ্লম্মী । পুকনিংদা পম্মৌগী মতিক চাবা পারি অমদি ওইবা ঙমলে হাইনা খন্দুনা ইথস্বা চাওথোকচবা ঙম্লম্মী । ইমানস্নু 'ইচাদি' হাইহুনা ইশা অসি নান-নান্দুনা ইতু ভুবুম অমতা কদাইদা **শোকখিদগে হাইনা খনম্মী ।**

লৈকোন্‌লুংদা

ইমানা অয়ুক কোল-লিক য়াইরম শেংবা লোইরগা ঐগী লাইরিক তম্বা চৎনবা হাইদুনা অচিক-অশা খাংদুনা চাক থোংলম্মী। পুং মাপন মখাই তারকপদা চাক চাদুনা স্কুল কাবা চৎলম্মী।

নোংমা বসন্তগী মেংলবা মুংশানা ফজবগা লোইননা শারবা কালদা লাইরিক নাকল য়েপতুনা লাকপদা কৈশামপাংকী লমলোং মরি ফাংবা অসিদা কা ভাংশং ভাংনা শাইরদুনা অদুগা চুরুপ অমা থরুদুনা নিতাই কৌবা ঐখোইগা তম্মিন্নবা ছাত্র অমনা ভুংলোমদা লেংবান্দা মখুৎ থরুদুনা 'য়া অমা হাইগে, নিমাই' হাইদুনা হাই-রকই। ঐহাকসু খংপ্রেক থংনা 'করিনো' হাইনা হংলম্মী।

নিতাই—পাখং ফারে, অদুগা হৌজিক ফাওবা পাখংনা চংকদবা শাজং থংত্রি।

ঐ—করিনো হায়যুনে?

নিতাই—মশানা হৈনিংলগদা হৈবনি তমদুনা থোকপা নত্তে। খংনিংলবদি ঐনা হাইবা ইল্লু, ইলাই লাইনা অমুক্তং উবদা অদুদগীদি নংনদুম থোইনা ঐভোন্দগী হেনখরগদবনি।

ঐ—শাজং মতাদু তাককে হাইবদি লৈতদুনা ঐনা পামগনি পাম্মোই হাইদুনা লৈরিবসিবো?

নিতাই—তাকত্রবসু খংগনিনে। ঐনা হাইবদা ইল্লুনে। নংবু পাখংনি হাইদুনা মীনা শিংথানবিররোইনে। নিপামচা থৌদাং য়েংদবা চুমদেনে নিমাই।

ঐ—ফরে, অহুদি বা অমা হংগে। মংনা হাইরিবা শাজৎ অসি তৌরগা ইমুং-মনুংনা ইমানা শাওরোইকো ?

নিতাই—করিগী শাওরুনি ? লৈবাকনা তৌনদবা পোৎপু তৌ হাইবরা ঐনা ?

মাগী ৱাসি তাবদা নিপামচা ওইনা পোক্লগা নিপা থৌদাং য়েংসুবদি মীনা করি হাইনি, ইপা ইমাগী মিংচৎ থিহনবা চুমদে খন্দুনা ঐ নিতাইনা চৎসি হাইবা মফমদা চৎলে। মহুগী মুমিংতুমা স্কুল কাদরে।

২

নিতাইনা মাংদা ঐনা ভুংদা ভুংথ-মাংথ কৈশামপাত্তগী তোংজে মরিলগী লম্বেলদা ফৈরকলে। নিতাইনা চুরুপ অমা চমখৎহুনা নোকমি নোকমি তৌরহুনা ঐঙোন্দা মচে অমগা মাগী মখুত্তগী পিরে। ঐনা থক্তে হাইবদা মহাক্না হাইরকই—নিমাই, ঐখোইনা তৌগদৌরিবা থবকসি তৌবা তারবদি চুরুপ থকত্রবদি য়ারোই। মাগী ৱাসি নিপামচা ওইবগী থবক্তীদমকনি হাইহুনা চুরুপ অহু লৌহুনা থকলে। মহৌশা অমুক্তা থকতবগী হৌনবা ঙৌদা চিংহুনা চুরুপভু নিতাইগী হান্না চম্বহুদগী ঐনা লোইথোকপা হাল্লে।

কৈশামথোং তোপ-লৈরক মপা য়ৌরকপদা নিতাইনা ঙাইখো হাইহুনা খাম্মী। ঐসু অহুম লেপহুনা করিনো হায়রু হাইহুনা হুই। নিতাইনা হাইরকই—ঐখোইগী থবক অসি শেল খন্না

চংগনি। অত্থবু ঐগী লৈরবদি ফৈদো। ঐস্থ লৈত্তরে নংনা খরা থৌরাং তৌগদবা ?

ঐ অসি শেল অমুক্তা পাইবকতে। কবম তৌনা কদাইদগী লৌশিগে খনবদা ইমাদা হাইবগা লৌগে খল্লম্মী। মহু নিতাইদা হাইরে। মহুদা মহাক্না হাইবকই—নিমাই, নখোইগী ইমানা থবক তাকত্রবদি পিশু হাইবা য়াবোই। অত্থনা নং লোন্না লৌবকলো। ওসিদি ঐহাক মফম অমদগী পুবগে, নংনা মহু শিংজিন্নবা তৌ।

মাগী রাসি শারগা কদাইদগীনো হাইনা খল্লম্মী। হুবানবা ফত্তে খংনা খংনা কোন্না ইমাদা হাইগে নিপা থৌদাংগীদমকনিকো হাইত্থনা নিতাইদা ফৈ পৈশাহু শিংজনগে হাইবম্মী।

অত্থদগী তোপ লৈবক চংলগা লমহাং অমদা পুশল্লে। লমহাংহুদা শঙ্গোই মচা অমদগী হেন্না লৈবমদে। লমহাং অত্থ যৌবগা নিতাইনা 'ইচে ইচে' হাইনা কৌবদা মৌ চহি কুনমঙাবোম শুরবী অমা থোরবত্থনা 'লাও, চংলকউ' হাইবকই। ঐখোই অনি চংত্থনা চৌকি অমমমদা ফম্মী। ঐখোই অনিগী মবক্তা লৈবোং-য়েকপা ফীদা থাবা মেজ অমনা খল্লম্মী।

নিতাইনা হেক ফমথবগা হাইবকই—ইচে যুবতী, চুকপ লৈব্রা, খব থকসিদনা ? মাগী রাহু তাবদা হুপীত্থনা আলমারী মচা অমগী মনুংদগী চুকপ খবা হাপত্থনা সেম্পাক অমা মেজ মথক্তা থম্মী। ঐখোই অনি অমমম থকমিম্মে। ঐদি হৈত্তবনিনা খনাও

যৌনা চিংশিল্লুবদা কোক ঙাওরদুনা ইশিং খরা লৌদুনা থকলম্মী। মতুদসু ফত্তদুনা মেজদা ঙাথদুনা ফম্বদগী যুবতীনা ফমুংদা হিপ্লো হাইদুনা মাগী ফমুংদা হিপ্পা। ইচে যুবতীনা ছুমাই মচা অমা পুরকতুনা ছুম্মী। নিতাইনা লৌরাইদা ইশিং খরা হাপ্পী। মখোই অনিনা সেবা তৌদুনা পুংখাইমুক লেরগা ফরে।

ফরদুনা ঐনা নিতাইদা, ঙনাইগী থবক হাইবদু তৌকরসি চৎসিদনা হাইরবদা নিতাইনা খুল্লকই—নিমাই, অতৈ অতোপ্পা মফমদা নত্তে, অসিদনি। ঙাইহাব ঙাইখো, ময়াম লাক্লগনি। অদুগা থবক হৌসি।

ঐহাকসু ফজে হাইদুনা ঙাইহুনা তুমিন্না লৈবে। মিনিট মনি মতাংবোম লৈরগা নিপা নচো অমব ঐখোইগী লেংগানে ঐখোইগী হৃথকনে লাবতুনা কবতা ফমদো। মখোইগী নবক্তগী অমনা ইচে যবতী অসি খবা থেংজ্রবা ওইদুনা হাইবম্মী। অদুগা মা অনিখকনা এবং উপগুপ্তা টপ্প অমদগী হাবমনিযম-গা টবলাগা লৌখোবতুনা ইশৈ শকপা হৌরে। অদুদগী ইচে যুবতীবু নিতাইনা মথুং পাইদুনা চিংশিলগা মযামদুগী মথাইদা ফমহল্লে অদুগা হাবমনিয়মদু মতোংদা লানসন্দুনা ইশৈ শকহল্লে।

মখোইগী ইশৈদু তাবদা ঐসু লুংঙাইদুনা মখোইগী ইথক অদুদা তিল্লে। মখোইনা খুনা খুদুনা তাল থাবদা ঐসু যাওরে, লেপ্লে—লেপ্লে। অসুম্না তদুন লৌনা পুং অমবোম চৎখরে। মরক মরক্তা নিতাই। ঐঙান্দা লুংঙাইত্রা হাইনা হংই। ঐসু

ন্নুংঙাইবনিনা ন্নুংঙাই হাইরম্মী। ইশৈগী ন্নুংঙাইবত্তুদা মুনখিত্নুনা নিমাইগা ঐগা করি তৌগদগে হাইবত্তু কাওরে।

ইশৈ শকপা লোইবে। রাবি অমা অমা শান্নবম্মী। নিতাইদা ঐনা হংলম্মী থবক হাইবত্তু ইশৈ শকলিবা অসিরা? নিতাইনা মানি হাইনা খুম্নম্মী।

অত্তুদগী অমুকস্তু হংলম্মী—ন্নুংঙাইতরা?

চিন্দদি ন্নুংঙাই হাইনা খুম্নগা পুক্নিংদদি খরা শাওনিংলম্মী। মফম মথাং খংদবা ইরাং তসিদা ঐবু নিতাইনা তৌরিবসি হাইনা –

অত্তুম্নদি ওইরগা ন্নুংঙাইবত্তুদি ন্নুংঙাইবনিনা অমুকস্তু নিতাইবু শাওনিংবস্তু খরা ফবম্মী। ইশৈ তাবনা অহল-লমনগী মিংচৎ-থিবা ওইবা হৌনদে হাইনস্তু খন্দোকলম্মী।

অত্তুদগী ঙাইহাক লৈবগা মথাম চৎখরে। ঐখোই অনিদি পুং মরি তাবা ঙাইত্নুনা ইচে যুবতীগা রাবি শাত্নুনা লৈরে। ইচে যুবতীনা ঐখোই অনিবু থোইদোক হেন্দোক্না ঐহাকপু য়াম্না লুনা তৌবগী মতৌ তৌরম্মী। মাগী মতৌত্তু উরগা মচে লৈবা নিপা খুদিংমক্না অস্তুম্না লুনা তৌবা ফংলিনিকো হাইনা ঐনা পুকনিংদা খল্লম্মী। রারি শাবা লোইবগা নিতাইনা ঐঙোন্দা শেল হাইবত্তু বাওনিকো হাইরম্মী। ঐস্তু কাওরোই হাইনা খুম্নম্মী। অত্তুদগী মহাক্না ইচে যুবতীদা হয়েং নিমাইনা শেল হাইবত্তু পিরগনি, অত্তু ফাওবদদি ঙাইখো হাইনা হাইরম্মী। ইচে যুবতীনা তুমিন্না

অষ্টম তাবম্মী ; হোইনে মাইনে হাইনা করিমতা হাইরমদে। পুং মরি তাবা কালদ্দা নিতাইগা ঐগস্সু থোরকতুনা যুমদা লাকলে।

৩

নোংঙাল্লগা ইমানা চাক থোংলিঙৈদা ঐনা লাইরিক ওরাই-রম্বদগী থোবকতুনা উপু হাংদোকতুনা লুপা তবাখক লৌথোকলে। অতুদগী চাক-চাবা মতম ওইদুনা চাক চাবগা স্কুল কারকলে। ক্লাসতা চংখিবদা নিতাইনা ঙবাংগী শেলদু পুবক্লবরা হংলম্মী। ঐস্সু নৈরে. কয়া পিগদবনো হাইবম্মী। লুপা মঙা-তকক নৈরবদি য়াগনি হায়রবদা হেন্দোক্লা লেমলে হাইদুনা ঐহাকস্সু য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

লাইবিক তৌবদু মাদুগী নুমিত্তি পুকনিং ইচং চংনিংলমদ্রে। ইচে যুবতীগী মনাক্তা চংনবা হাইদুনা য়াম্না খৌরাংনা মতম অদু লেপ্লম্মী। পুং মরি তাদুনা স্কুল ছুটি থারবদা নিতাইগা ঐখোইনি প্রৎ প্রৎ লাক্লুনা লাইবিক থমলুবে। যুমদা ইমানা শেল মাংই হাইদুনা ঐখোইগীদা নৈবা তোম্বা-তোম্বী মতৈ মনাওদা মখোইনা লৌবিবনি হাইদুনা চৈবিরম্মী। ঐস্সু মদুগা তাদবমখৈ হাথু হাথু তৌদুনা ফুটবোল শান্নকগে হাইবম্লগা যুমদগী থোবকলে। কোম্থোংদা নিতাই ওকনদুনা শোপ-নৈবক তাম্না কাখৎলকলে।

ঐখোই অনি চংদুনা যেংবদা ইচে যুবতী তুমদুনা নৈরম্মী। নিতাইনা ইচে যুবতী হৌগৎলো হাইদুনা হৌদোকলম্মী। ইচে যুবতীনা মমিং পাংথোকলকতুনা যেংবদা ঐখোই অনিবু উবদুনা

অশাওবা মূর্তিনা হাইরকই—নিতাই, কদৌনা ইবুংঙো নিমাইবু পুরকলিবনো ? নংঙোন্দা ঐনা ঙবাং পুরক্কনু হাইদ্রা ? নখোই ঐখোইদৌনা মফম মরাং খংদবা মচাস্নু নত্তে। অফবা মীবু ফত্তবা লম্বেলদা চিংশিল্লগা করি পাপ ওই হাইবা খংদ্রা ?

মাগী ৱাসি তাবগা ঐনা হংলম্মী—ইচে, করিগীনো ঐবু অহুক য়াম্না চংহন্নিংদ্রিবা ? নিতাইনা পুবকপগীদমক্তা লাকপা নত্তে, ঐনস্নু লাকনিংহুনা লাকপনি।

যুবতী—ফয়ে, চৌকিহুদা ফমহুনা লৈয়ু নখোইনি। নংনা ঐগী অসিদা খোংদাবা য়াদে হাইবগী মবম কোন্না হাইগে। নিতাই, নহাক মোইরাংখোম কৈথেলদা ঙাইহাক্কুং চৎলু। ঐখোই অহুম থক্লবা চাগা চিনিগা লৈতে, খবা লৈবিরু।

নিতাইনা কৈথেলদা চৎখ্রগা যুবতীনা হৌগৎলহুনা চৌকি অমদা ফমহুনা ঐগা মাইয়োকনহুনা হাইরম্মী। ইবুঙো নখোই প্যাথং মচাশিং অসি ঐনা মাংহনবনি হাইনা নংনা খল্লিনি। মাহু খক খনগনু। ঙসিফাওবগী মনুংদা ঐনা মী অম ঙবু মাংহন্দ্রি। ঐহাক অসি অতৈগুম্বা বেশ্যা নত্তে। ঐগীদা মী লাকই। ইশৈ তাহল্লগা মখোইবু থাদোকখি। ইশৈ তাবগীদমক শেল খবা খরা ঐনা লৌই। মাহুগীদমক ঐহাকনা দোষ পুফম থোক্কে।

অসি হাইবগা ফক্লাংদা মহাক্কী লুখুমদা থেংলিবা তসবীর অমদা খুদোন্বীনা থিল্লগা—অসিদগী তসবীর অসি উবরা ইবুঙো—

হাইনা হাইরকই। লাই অদু উবদা মমিওগী ইথং থংহৌদনা পি মতুম মতুম তারম্মী। ঐহাকনা মহাক্তী কপ্লদু উবদা মুংঙাইরক্লদুনা হংলম্মী—ইচে, করিগীনো নংনা কপ্লববো ?

যুবতী—মরম লৈ ইবুঙো, অসি ঐগী ইপুরোইবগীনি। সত্তী খুদিংমকনা মপুরোইববু পূজা তৌবগুম্না ঐস্ত্ত ইপুরোইবগী মুর্তি অসি লাংকুনা লৈরিবনি। ঙসি কাওবগী মম্মংদা মহাকনা ঐবু কাওরবস্ত্ত ঐদি মহাকপু কাওবা ঙমদে। মীনা ঐবু লমশানি বেশ্যানি তোল্লবা মীনি হাইদুনা ভুক্কচৈ হঙোই। অদুগা ঐদি মথোইনা খল্লিবদু নত্তে।

অসি হাইরগা হিকুনা হিকুনা কপ্পুনা ইচে যুবতীনা মপী তৈথোকহুনা লৈ। ঐহাক্না রা অমুক হংলম্মী—ইচে, নপুরেইবনা নংবু থাদোকলিবা করিগীনো ?

মদু তাবদা যুবতীনা বারি লিখরকই—ইবুঙো, মহাক নিপাসি মশক খংলিনিদনা ?

ঐ—খংই ইচে, মহাক সরকারগী থবক অচৌবা অমা তৌদুনা হৌজিক লৈবি।

যুবতী—ঐহাক লৌরাইদা পোকপনি। মহাকনা খাজনা থৌবা লাকই। মতমদুদা মহাক ডুপী খিদ্রি। ঐথোইগী যুমদা যুমথুংকম ওইদুনা ইতং-ততনা লৈ। ঐথোইগী পাজিনা চৌকিদার ওইরিবৈদা মহাকপু লুনা তৌবনা ঐস্ত্ত মাবু লুনা তৌজৈ। নোংমদি মহাক্না ঐঙোন্দা রা হাই—যুবতা ইবেম্মা নংবু মুংশিবদি করি

হাইকনি। অদুদা ঐনা হাইরম্মী—তাইবুঙোখোই লাকপা ওইহুনা শাগৈ-নাইত য়াম্না চাওহুনা লৈশিবা মীগী সেবা তৌবদি ঐহাক ইতিক চাজরোই, শৈবিমু হাইহুনা—য়াম্না হাইবৈ। মহাকনা চহি অমরোম তকশিল্লক্লবদা—ঐখোইগী পাজিনা তুংগী করি খোক্লগদগে খংদহুনা য়াবে। ঐস্ত ইপানা হাইরিকো হাইহুনা—য়ারে। মাবু য়াম্না মুংশিজৈ, অদুবু ইপা-চাদে হাইবওনি। মতম খরা লৈরগা ঐখোইগী পাজি শিখ্রবদা গতি লৈত্রবী ঐহাকপু মহাক্না লমহাং অসিদা থমবিরে। মহাক মতম খরা লাক্লম্মী। ঐনা চহি কুন শুরকপা কালদা মুপী অমা থিরে। অদুদগী ওসি ফাওবা চহি মওারোম অসি লাকত্রবনি।

ইচে যুবতীগী রাসি তারগা ঐনা খরাই পুখা ওমত্রহুনা হাইরম্মী—ইচে, নংবু কাওখ্রবা মাবু নং কাওবা ওমত্রা? ঐদি কাওখোকপনা কৈ হাইনা থল্লি

যুবতী—চুম্মি, কাওবনা কৈ, অদুবু কাওবদি য়াদে। অদুগা মহাক্না লক্ষা কৌনবা খ দবা মী অমা ওইহুনমু ঐগীদি ইপুরোই-বনি, লাইনি।

ঐ—লাইহুনদি নংবু নিংবিদ্রে। ভক্তগা ঈশ্বরগসি অমনা অমবু চপ মান্নবা নিংই হাই। অদুগা নখোইগীদি কদাই।

যুবতী—মাদুদা করিমতা বেন্না লৈতে।

ঐ—ইচে, নং মাবু কাওখরো?

যুবতী—মহু য়াবা নত্তে ইবুঙো। হৌজিক ইচেনা নঙোন্দা

হাইগদবদি অসিনি। নং মফম অসিদা লাকনু। কন্তবা রাথল থাদোকউ। নংাকতি অচৌবা ইমুংদা পোকপনি। ইমুংগী বদনাম তৌহনগনু। ইচেবুস্থু বদনাম তৌহনগনু ইবুঙো। অহনা কয়েংদগী লাক্লগনু। নিঙাই হাইবা অঙাংসি ওক্তবনি, মপা-মমানা রাৱকপা ইক্সবনি। মহাকপুস্থ ঐনা কয়া হাই। অদুবু মমীদা থৌসাবা হৌজিক ফাওবা মহাক তোকত্রি। মহাক্না নিংবদি মপোকসিমদগী ঐনা থুংহনবা তৌরয়রোইদবনি। মহাক্না তিমক্লনু। সঙ্গ কন্তবনা মাংবা হৌরক্কনি।

ঐ—ইচে নংবু, ইচে ওইনা অস্থুম মুংশিজবা য়ারোইদ্রা?

যুবতী—য়াই—অদুবু নংনা ঐগীসিদা লাক্লনা মতম মাংহন্দুনা করি কায়বা লৈ? নংগী কায়বা কালদা ইমা থারকউ। ঐ লাক্লনা নখোইগী ইমুংগী মতেং পাংলগনি।

মাগী রাসি তাৱগা মখা তাথবা ঙমদত্নুনা 'ইচে' হাইরগা ঐখোই অনি নো-লুকত্নুনা রা মচেৎ অমতা ঙাংনদবমখৈ লৈনরম্মী। মত্নম তৌরিঙৈদা নিঙাইনা পোৎ লৈরুবদগী হল্লকলে অতুগা ঐখোই অনিগী ইতৌদ্র উবদা য়ায়া ঙক্লত্নুনা হংলকই—করিনো নখোইনিনা তুমিন তুমিন্না লৈনরিবা?

মাগী রাহ্র তাবদা ইচে যুবতীনা মমিত্তা পি তানা তানা হাইরকই—নিঙাই, নংনা করিগীনো করিস্থ থংজদবা অঙাং অসিবু মাংহনগদৌগী তৌরিবা?

নিতাই—মীনা মীবু মাংহনবা ওম্বরা ? মশা মশাগী তৌজমহ ফংজবদনি। নিমাই, মংনা করি করি পংহাইদা হাইজল্লবরা ?

ঐ—ঐ থংদে, ইচেদা হংউ।

যুবতী – হংত্রবস্থ হাইগে। মহাক্না নংগী মরীদা করিমত হাইদে। ঐতনা থংবনি—নিমাইনা ঐগীদা লাকপদি নংগী থৌরাংননি।

নিতাই—উম! থংলে। নিমাই, চৎসি লাকলো।

অম্সুম তৌদুনা যুবতীদা চংলগে হাইরগা ঐগা নিতাইগ ঐখোই অনি লাকলে। লম্বেলদা নিতাইনা হাইরকই--নিমাই, নং হয়েংমখৈ ঐগা ভিন্নবরোই। মরুপ হাংপা মীবু ঐনা নিপ অমনি হাইনা থক লৌবা ঙম্মোই। নংগী লুপাতু কদাই পিরমলো, নংস্থ নযুমদা চৎলো। নিতাইদা লুপা পিরম্লগা নিতাইনা অমুক —যুবতীখোই পাংনা চংখরে। ঐনা য়ুমদা হল্লকলে।

৪

ঐস্থ য়ুমদা য়ৌরকপদা ইমানা ঙাংগনি হাইনা কীরদুনা কোক চিকই হাইশল্লদুনা ফমুংদা চংলে। ইমানা চাক থরা চানবা হাইদুনা থেম্লম্মী। ঐস্থ য়ারিব-মখৈ চারোইদৌবগী হোৎনরম্মী। কোম্থ'দা ইমানা অম্সুম তকশল্লকপদুদা হৌগৎতুনা চাক থরা চারে। ইমাস্থ করিমতা হাইরমদ্রে, অদুম তুম্বা চংখরে।

নোংঙাল্লগা ঐনা লাইরিক ঔম্নাইদুনা লৈরিঙৈদা মুপী অমা লাকুনা ঐখোইগী ইমাবু হংলৈ। মখোইনি রা ঙাংনরিঙৈদা

মুপীহুগী মখোলদু অথংবা মীগী মখোল মান্দুনা খোক্তুনা য়েংবদা ঐনা নিংবমক ওইরমলে। ঐস্মু মাবু উবদা কীবনা, ঐগী কাদা অমুক চংদুনা রাখলদা ভাওহনা লৈরম্মী।

ভাইহাক লৈরগা মুপীদু চংখ্রবা তুংদা ইমানা চংলক্কুনা—লুপা তরাথক উংতুনা হাইরম্মী—নহাক ঐগী লুপা মাংথি হাইবহু নংনা যুবতীদা পিরম্লবোরে। নংগী মগুণ অসি ইমানা করি হাইনি। নপানা শিরমদাইদা হাইরম্বহু কাওরবরা ? নহাক করি তোগে খল্লিবনো ? নিতাইগা তিমহুনা করি ওইগদৌরিবা ?

ইমাগী রাসি তারগা ঐ ইকাইমনখ্রহুনা খুমফম খংদহুনা লৈরম্মী। অহুদগী ইমাদা ঐনা হাইরম্মী—থাক্লৈশেংবমক্তি ইমা, নিতাইনা নিপামচা থোদাং য়েংলুসি হাইবদা ইচে যুবতীগীদা মানা ঐবু পুবহু য়ারম্মী। অহুদগী ঐহাক্লা পুকচেল ফাবা ভমদহুনা……।

ইমা—অহুবু নিতাইগা তিমরুম্ন হাইবসি য়াররোইদ্রা ?

ঐ—মহাক্কদি তিমররোই, মানস্থ তিমরহুসি হাইরমলে। অহুগা ইচে যুবতীবুদি ঐনা কাওবা ঙমলোই।

নিতাইগা তিমরোই হাইবা তাবদা যোমোন তৌহুনা ইমানা ঐবু হাইবা-ইনবা অঙাংনি হাইদুনা থনবা মতৌ উংলম্মী। অহুগা ইচে যুবতীগী রা হাইবহুদা শাওনিংবোই ভকপোই করিগীনো হাইনা হংলম্মী। ঐস্মু অম্মম্না খুম্রম্মী—ইমা, যুবতী হাইবী মুপীসি ঐখোইনা শেরাম্মনা থনবনি। মহাকসি লমশা নত্তে মুমশানি।

রাসি হাইরগা ঐনা যুবতীগী রাকম অদুগা মহাকনা ঐবু রাররুকপা রা ময়ামদু ইমাদা 'লরম্বা' ... মানা মাগী বাহু কারগা মপী তাথবা থংহৌদে। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা ইমানা হাইরকই—নিমাই, যুবতীবু নচেমাল হাইনা থল্লু। মহাকপু এনা ঐগী অসিদা থমগনি। মহাকী অরাবদা ঐখোইনা চুম্নমখৈ মতেং পাংবনা চুপ্পি।

ইমাগী রাসি তাবদা ঐনা নুংঙাইমনখ্রদুনা হাইরম্মী—ইমা, অদু ওইরবদি ঐহাক হৌজিক চংলুগে, মহাকপু পুদুনা লাকে।

মতৌ অসুম তৌনা ঐসু লাইরিক ওরাইদুনা লৈরে; ইমাসু মাগী থবক তৌবা চংথরে।

৫

চাক চারগা ফীরোন শেংচিল্লগা ইমাদা—ইচে যুবতীখোইদা চংলুগে হাইদুনা থোরক্লে। ঐনা যুবতীখোই য়োরমদাইদা নিতাইদু মশম-মনা ইফা ফাবমখৈ থেংনরে। মাবু উবদা যুবতী লোবা লাক্লিবনি হাইগে হাইনা মাবু নিতাই হাইনা কৌরম্মী। ঐনা কৌবদা নিতাইনা য়াম্না শাওনা খুম্লকই—কৌরকনু, যুবতীনা নংবু পাম্বদগী ঐবু ইকাইবা পীবগী ফল যুবতীসু ফংলে, নংসু নোংমা শোইদনা ফংগনি।

মাগী রাসি তাবদা পুক্লিংদা চিংনবা অমা পোক্লম্মী অদুগা মাঙোন্দা বারি অদুক য়াম্না শাবা য়াবা ফীভম নত্রে হাইদুনা রা অমতা হাইরমদনা ঐহাক ইচে যুবতীগী য়ুম তাম্না লাক্লে।

ঐনা চংদুনা য়েংবদা অকীবা ফংনা ওক্রবা দৃশ্য অমা উরে। লময়াইদা ইহিং-নাইহিং মরক্তা যুবতী ওন্দুনা লৈরম্মী। মহাক জ্ঞান মাংলম্ম। ঐ লাকপদু থংবা ওম্নমত্রে। অদুদগী ঐনা কোন অমদা ইশিং পুরক্কুনা লোৱাইলুতোন্দা হাপলম্মী। মাগী কোক অদু ঐগী ত্তম্পাক্তা পুথংলম্মী। মতৌ অপ্পম তৌদুনা মিনিট মরি-মঙা লোৱাইদা ঐনা কামদুনা লৈরিবৈঙদা ঐথোইগী ইমাসু লাক্কুনা থোংজিন মপান্দা য়েংলৈ। ইচে যুবতীগী ফীভমদু উবদা ঐনা য়ৈরবা মাল্লে হাইদুনা থগৎলদুনা ইমানা হংলকই—করিনো অসিদি, কনানা তৌরিবনো?

ঐ—ঐসু থংদে, ঐনা চংলকপদা অম্মমা তুহনা লৈরম্মী। অদুদগী লাক্লরিবসিনি।

ঐথোইনি রা ঙাংনরিবৈঙদা ইচে যুবতীনা জ্ঞান হন্থরক্কুনা মমিৎ পাংথোরক্কুনা ইমারোমদা য়েংদুনা লৈরম্মী। অদুদগী রা ঙাংলকই—করিনো, কদাইদগীনো লাকপিরম্লিবসিবু?

ইমা—ঐ নংবু লোগে লাকপনি। অদুদা নংগী তৌরিবা ফীভম অসি উবদা ওক্লহনা চপ লেপ্তুনা লৈরিবসিনি।

যুবতী—নিতাইনা মাগী পাপকী লম্বেলদা চংসি হাইবদা ঐনা য়াদে হাইদুনা ঐবু উতুপ্পা থারম্লগা মহাক চংখ্রবমাল্লে। ইবুঙো নিমাই নংদি কয়া কুইরে।

ঐ—ঐ ঙাইহাক ওইরে। নিতাইদো লম্বেলদা ওক্লরম্মী। মহারস্থ ঐবু ওন্থোকপা রা হাইদুনা চৈরম্মী। অদুদগী ঐসু মাগী

থাজনা ইচেগী কন্নি ফত্তবা থোক্লমগবা হাইড়না প্রং প্রং লাকপদা থোকলমলিবসিনি।

ইমা—ঐখোই অনি নংবু লোগে লাকপনি। ঐখোইগীদা নং লৈরে। ঐগী ইচানুপী অমতা লৈজদে। নৌপা অসি য়েংহনা মাগী মচেম ওইনা লৈরুবসি। নংগী নরাহৈ তাবদা ঐনা নংবু অচম্বী থুপীনি খল্লম্বদো লাল্লম্মে।

অম্ভুম হাইড়না—মতম খরা পোত্থারগা ঐখোই অহুম লোইনড়না যুম তান্না লাক্লে। ইচে যুবতীনা ঐগী থাঙ্গশেংবা ইচে ওইড়না ঐগী অরাং-অপা য়েংহনা অচম লৈরে।

## "নক্লবদগী"

৮।৮।৪১ ইং

ইম্ফাল।

"কনাবুনো? নথস্তবু য়েংজরিবরা?"

কোম্বিরৈনা মিংশেল অমা মাংদা থারগা শমজেৎ হাংনা হাংনা মথক্কী থাহৈশিং অসি মথস্তদা হংজরম্মী। মনাক্তা কনামত্তা লৈরমদে। চাওরবা কা-মঙা শাংবা যুমগী পাক্লবা মাজোল অহুদা মাগা হৌদোং অরাংবী অমগা মথোই জীব অনিতমক লৈরম্মী।

কোম্বিরৈনা পাওখুম খুম্বিনিঙাই লৈতবা থাহং অসি হংজরিদৈদা হৌদোং অহুনা কোম্বিরৈবু কনামত্তা লৈজরবী মরা তাবিনিঙাই

ফংত্রবী য়াম্ববীনি থনবরা কবিনো থংদে 'ঙিয়াও, ঙিয়াও' হাইনা মাঙ্গোল-ঙাঁশ্লিবী মুপীমচা অত্থুদা ভুক্থনা য়েংত্তুনা খোংলম্মী।

মত্থু তাবদা কোম্বিরৈ অত্থু নাকল ওইরপ তৌনা লৈবা হৌদাংদা য়েংলপা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী। জগৎ অসিদা মহাক্কী পুন্সীদা মাগীদমক মুংশাম্বর মপী মচামতা ওইরবস্থু হোনবিনিঙাই লৈম্বিবোরে হাইনা মপুক্লিংদা মুংঙাইবা পোক্লম্মী।

অত্থুদগী শমজেং হাংপা লোইরগা হৌদোংত্থু কোল্লত্থুনা মতম্বাক্কা থনম্মী। মুম্না য়েংলগা চেৎনা কোনশিল্লগা হাইরকই— অরাংবী, ঙাইবংমীগা নংগা করি থেম্নবগে?

হৌদোংনা করিস্থু খুমদে, অত্থুম 'ঙিয়াও-ঙিয়াও' হাইত্থুনা লৈরম্মী। অত্থুদগী কোম্বিরৈনা অমুক হংলকই—থেম্নবা থংত্রবরা? খংইদা! হাইবা থোক্তবা নত্রদো? নথোলনা নবুক্লিং লোইনা ভাক্লিনে অরাংবী।

অস্থুম তৌনা হৌদোংগা বান্নি শান্নিঙৈদা কোম্বিরৈত্থু হৌদোংদদমক মুম্না য়েংত্থুনা লৈবনা মাঙ্গোলদা করি থোক্লম্মী হায়বা করিমতা খংলমদে! মানা শুমহৎত্থুনা লৈবত্থুদা লাক্লিবা মী অত্থুস্থু বা পাক হাইবা ঙম্লমদে। মহাকপু অত্থুম য়েংত্থুনা ঙাইহাক লৈবত্থুনা চুম্বমাল্লে থনবদগী ভুমিন্না লৈরম্মী।

কোম্বিরৈস্থু হৌদোংদা বা হংলম্মী—নংনা ঐবু অস্থুক মুংশিরিবা করিগীনো, অরাংবী! ঐদি নংবু মতিকচানা লূনা তৌদেনা।

বাতুনা ইচেগী কম্বি ফত্তবা থোক্লমগবা চাইত্নুনা প্রং প্রং লাংকপদা থোকলমলিবসিনি।

ইমা—ঐথোই অনি নংবু লোগে লাকপনি। ঐথোইগীদা নং লৈৱো। ঐগী ইচামুপী অমতা লৈজদে। মৌপা অসি য়েংত্নুনা মাগী মচেম ওইনা লৈকরসি। নংগী নম্বাহৈ তাবদা ঐনা নংবু অচম্বী মুপীনি খল্লম্বদো লাল্লম্মে।

অম্নুম হাইত্নুনা—মতম খরা পোথারগা ঐথোই অহুম লোইনত্নুনা য়ুম তাম্না লাক্লে। ইচে যুবতীনা ঐগী থাঙ্গশেংবা ইচে ওইত্নুনা ঐগী অৱাং-অপা য়েংত্নুনা অহুম লৈরে।

## "নক্রবদগী"

৮।৮।৪১ ইং

ইম্ফাল।

"কনাবুনো? নথস্তবু য়েংজরিবরা?"

কোম্বিরৈনা মিংশেল অমা মাংদা থারগা শমজেং হাংনা হাংনা মথক্কী বাহৈশিং অসি মথক্তদা হংজরম্মী। মনাক্তা কনামত্তা লৈরমদে। চাওরবা কা-মঙা শাংবা য়ুমগী পাক্লবা মাঙোল অহুদা মাগা হৌদোং অরাংবী অমগা মথোই জীব অনিতমক লৈরম্মী।

কোম্বিরৈনা পাওখুম খুম্বিনিঙাই লৈতবা রাহং অসি হংজরি-ঙৈদা হৌদোং অতুনা কোম্বিরৈবুকনামতা লৈজরবী মম্না তাবিনিঙাই

কংগ্রবী য়াম্নবীনি খনবরা কাবনো খংদে 'ঙিয়াও, ঙিয়াও' হাইনা মাঙ্গোল-ঙাম্লিবী মুপীমচা অদুদা তুকৃথনা য়েংদুনা খোংলম্মী।

মদু তাবদা কোম্বিরৈ অদু নাকল ওইরপ তৌনা লৈবা হৌদোংদা য়েংলগা মোমোন মোমোন নোক্লম্মী। জগৎ অসিদা মহাক্কী পুন্সীদা মাগীদমক মুংশাম্বর মপী মচামতা ওইরবস্ু হোনবিনিঙাই লৈরিবোরে হাইনা মপুক্লিংদা মুংঙাইবা পোক্লম্মী।

অদুদগী শমজেৎ হাংপা লোইরগা হৌদোংহু কোম্লদুনা মতম্বাক্তা থনম্মী। মুম্না য়েংলগা চেংনা কোনশিল্লগা হাইরকই— অরাংবী, তাইবংমীগা নংগা করি খেন্নবগে?

হৌদোংনা কৱিম্ু খুমদে, অদুম 'ঙিয়াও-ঙিয়াও' হাইদুনা লৈরম্মী। অদুদগী কোম্বিরৈনা অমুক হংলকই—খেন্নবা খংগ্রবরা? খংইদা! হাইবা খোজবা নত্রদো? নখোলনা নবুক্লিং লোইনা তাক্লিনে অরাংবী।

অম্ুম তৌনা হৌদোংগা রাম্রি শারিঙৈদা কোম্বিরৈস্ু হৌদোংদদমক মুম্না য়েংহুনা লৈবনা মাঙ্গোলদা করি থোক্লম্মী হায়বা কৱিমতা খংলমদে। মানা শুমহৎতুনা লৈবতুদা লাক্লিবা মী অদুস্ু রা পাক হাইবা ওল্লমদে। মহাকপু অদুম য়েংহনা ঙাইহাক লৈবহনা চুম্বমাল্লে খনবদগী ভুমিল্লা লৈরম্মী।

কোম্বিরৈস্ু হৌদোংদা রা হংলম্মী—নংনা ঐবু অম্ুক মুংশিরিবা কৱিগীনো, অরাংবী! ঐদি নংবু মতিকচানা লুনা তৌদেনা।

"নংদনা থংদবনি, মাদ থংই কোম্বিরৈ।" রাসি তাবদা কনানো হাইনা য়েংথিবদা ভোইনা উনথিদবা মরক-মরক্কী থেংনবা পাথংমচা অমা ওইরম্বতু উবদা ইকাইরবনা কোম্বিরৈবু মমাই ভাংলপ তৌরম্মী অদুগা হৌদোংদা য়েংদুনা অমুক লৈরম্মী।

অদুদগী পাথংমচাদুনা হংলকই—কোম্বি, নংগী থম্মোই মমিদু হৌদোংগী মমিত্তা তাবা উবরা?

মোমোন নোক্লদুনা কোম্বিরৈনা শমলম্মা—"হোই, উই।"

"করিদগীনো থংব্রা?

"থংদে।"

"থংদে?"

"উম্।"

"নক্লবদগীনি!"

অদুদগী কোম্বিরৈনা 'উম্' হাইনা শাংনা মুংশাম্বর অমা হোল্লদুনা হৌদোংদা হাইরকই—"অরাংবা, চৎলো শাম্লকথো, হোরেন থবক-ইনথাং লোইরগা রারি শাসি।"

মদু হাইবা তাবদা পাথং-মচাদুনা হাইরকই—কোম্বিরৈ নংদি য়াম্না থুনা থাদোকপা হৈনা।

"থাদোক্লিংদে হাইরগবু থাদোক্কবা য়াব্রা তাদা সুবল?"

সুবল রা থুমদে। 'উম্' অশাংবা অমগা মমাই পৈরপ তৌনা কোম্বিরৈদা য়েংদুনা লৈরম্মী। কোম্বিরৈনা হৌগৎলগা মোরা

অমা স্মবলদা ফম্নবা পিরম্মী। স্মবল্স্ন ফমথরে অত্তগা কোম্বিরৈস্নু মনাক্তা লৈপাক মথক্তা ফম্লে। অত্তদগী স্মবলনা হাইরকই—

"কোম্বিরৈ, ঐ কদোবা লাক্লিবনো থংত্রা ?"

"থংদে" অসি হাইনা হাইন। মমিগ্নগী পী মতুম মতুম শিন্থরম্মী। মশা পুম্নমক রাথল অমনা ইচোক-চোকথরম্লে; মথুং অমত্তং তপ্না পুথংলক্তুনা মপীদুদা তৈথোক্কে নিংলমদে। পীগী ইরানা ওাংঙ্রামবা চিংমাইদা চেম্বরকপা ময়াংফংবী তুম্রেলগুম অত্তংপা লৈতনা চেম্বরম্মী।

স্মবলনা মথ উনা উনা অতুম রা হংলম্মী—"করি কররম্বা যুগত্তা ঐবু নংনা থংবা ওমগনি কোম্বিরৈ ?"

"মপোক অসিদদি ওইররোই ত্তাদা।"

"ঐ চৎলগে অদুদি।"—অসি হাইদুনা স্মবলনা হৌগৎতুনা চৎখি। কোম্বিরৈনা য়েং য়েংদুনা লৈহৌই।

২

নোংঙাম্নগা স্মবলগী মমা থরোনা হেঞ্জাং শেমনা শেমনা মপুরোইবা চাওভলদা রা হাইরম্মী। চাওভলনা হিদাক থক্তুনা ফক অরোনবা অমগী মথক্তা উপ্রাক্লনা হিপ্তুনা লৈরম্মী। থরোনা হাইরকই—"ত্তাররবরা, মচানুপাসি কোম্বিরৈ মত্তনা ত্তাইবং অসিদা কররিমত্তা উদ্রে হাইরিবসি। কয়া ত্তাকই, কয়া হাই, থংবা ইলৈ লৈত্তে। নোংমা মকম মরাং থংত্রবদি নংস্নু ঐস্নু চপ-মান্নরা রামিম্নগনিদো।"

চাওভলনা করিস্ত খুমদে, তাদমক তারম্মী অদুগা হিদাক অদু বুদ্ধি তৌনা থরুম্মী। হিদাকফু অদুনা অচৌবা অমনিনা মখোল লাওনা থোক্লম্মী। থরোনা, মানা অস্থুব ঙাংবভুদা চাওভলনা শুকত্তা তাদ্রবদা মপুরোইববুদা শাওবা নত্তনা হিদাকফু মখোলদুবুনা হেন্না শাওনিংলম্মী। কন্না শিগদোবমথৈ নাহনা লৈরবা মী অমনা ইঙ্গিন থৌবগী মখোল তানিংদবমুক—চাওভলগী হিদাকফু মখোলদু থরোনা তানিংলমদ্রে। অদুদগী শাওনিংবা হেঙ্গল্লক্লহনা থংলাউ লাউনা হাইরকই—"তারিবরা নিপা নংবু?"

থংপ্রেক থংলদুনা চাওভলদু ফন্ চোংথংলি। অদুদগী লেমথরগা হাইরকই—"তারি।"

"অদুদি কদৌনা খুমদ্রিনা?"

"খুম্মুহনা করি কান্নগনি।"

"সুপীমচাদু পুরক্লবদি করম তৌনি?"

"ঐগী ইচানি সুবল অসি। নংনা শেরান্না খনবা য়ারোই।"

"হোই, পামানবা মচানি থংইনে। অদুবু—?"

"কান্নরোই, থরো। সুবলদু লৈবরা কৌরকউ।"

মমানা কৌহনা সুবল অদু মপাগী মনাক্তা মতু পোন-পোন্না লেপ্পুনা লৈররে। চাওভলনা সুবলদা য়েংলহনা হাইরকই—

"সুবল, কোম্বিরৈ অমা য়াররা?"

বাহং অহু তাবদা সুবলনা ইকাইরক্লা মমাই ঊং ঊং লাওনা লৈরম্মী কনিমতা থুম্মনে। চাওভলনা অমুক হাইরকই— "খারবদি পুরকউ। মপা-মমানা খাত্রপা ইপা চংল্লুনা হাইদ্রগে।"

সুবল ছুমিম্না লৈরম্মী, থম্বোনা মথখাক্তা খুহমনা তক্কহ্না হাইরকই—"মাংলে, মাংলে। নপা-নচা লৈজখোরো। অপাম্বা নমৌ থিজখোরো।"

চাওভলনা থম্বোদা শংল্লিক শংনা মুম্না য়েংলগা হাইরম্মী— "নংদি?"

"অহুগুম্বা জাং-নাইদবী মুপী অমা পুরক্লুনা ইমৌনি হাই-গদৌগী শরুকপুদি—"

"নপামদা চংকে?"

"চওদি!"

"নরানা হাইবদি ইল্লোই হাইরিবরা? নংগুম্বী হাইবা ইন্দবীগী মচাবুদি কদাইদগী হাইবা ইনগদগেদো?"

থম্বো শাওনিংবনে ইকাইবনে থুমকম থংদম্নে, অহম ছুমিম্না লৈরম্মী। সুবলস্নু চংথরে। চাওভলনা হিদাক থক্লুনা ছুমিম্না লৈথরে।

অহুদগী প্তাইহাক লৈরগা চাওভলনা হাইরকই—"থম্বো, তাবিবরা! সুবল অসি পোক্লুনা নিংথাদা লৈখিদ্রেদা এনা হাইম্রা, ইচানা পাম্বা মুপীদা লৌগনি, নং য়েংলকপা বাদে। নংবু এনা পাম্ব-হনা লৌবা নত্তে। খুদোংবা মুমিত্তা নশক উবা ফংখি। এনা পামজবা

কনা অহল-লমম্না য়াদে হাইহুনা লৌহৌজে। মখোইনা ঙাংবনু তানিংঙবমক্তনা খোকপা তৌহনবদগী নংবু লৌখনি। ঐনা অপাম্বা মীশিং অহু কংদবগী অরাবদি হৌজিক কাওবা য়ুজি। অহুনা নং য়া ঙাংবা য়াদে। ঐ চৎতুনা কোম্বিরৈখোইগী মপা-মমা উন্নকনি।"

৩

থা অমা কারে কোম্বিরৈনা থরোগী মমৌ ওইহুনা লৈবা। জাং অতোনবীনি লাইরবী মচানি হৌনবা খংলোই লাইগুরুগী সেবা তৌবদা মতিক চারোই হাইনা থরোনা থল্লম্মী। শক-ফজবী কোম্বিরৈনা ফজবা মাইখোংহুদনা মনেম্বোকপু পেলহনবা য়াদে হাইবা—নমুমদা লৈরৈভেদগী খংজরম্মী।

কোম্বিরৈনা মপোকলিমগী থাপ্না লৈজথরগে খল্লবহু য়ামা নম্না লৈনদবা য়াদরে।

নোংমা থবোনা মমৌ-মুপীবু কৌশল্লগা হংলকই—"কোম্বি, নমুমদা লৈরিভৈদগী হৌনা ঐ অসি নংগী পী-তাবগী মরম ওইরকপা নম্না।"

কোম্বিরৈনা থুমদে। অহুম তুমিন্না উথোংগুম লেপ্লুনা লৈরম্মী। মহাক্না হজোইবহু উথদুনা থরোনা হাইরকই—হজোইগন্নু। হজোইবনা মীনম্বা ঙাংবা তৌগন্নু। হাইমু, নম্নে?

"য়াদি।"

"মুবলসি মপোকসিদদি থানবা তায়ে হাইনা নংনা হাইখিবরা?"

"হাইথি।"

"হৌজিক্তি করমদৌরে ?"

"হৌজিক্তি লাক্লে।"

"কনানা লালহল্লিবনো ?"

"থংদে।"

"নকুবোকনা। ঐনা তত্তমা য়েংপনি। সুবলমা তৌকম থংহবনি। অহবু কোম্বি, হৌজিক্তি ইনেমগী পুক্লিং অসি পূমথন ওনথরে। মাসি নংনা ওল্হনবনি। নত্তোনা ইনেমগী থম্মোই অসি পেৎলে; ভাব অমা তায়ে।

কোম্বিরৈনা মহাক মনেমবোকপু পেলহনবা ওয়ে হাইবা খংজরে। মথবাইদা সুংঙাইবা পোক্রহুনা হোরেল সুবলদা তমগে নিংলম্মী। ঙাইহাক ভুমিম্মা লৈরগা চৎপা য়ারগদরা হাইনা হংলম্মী।

থরোনা 'ঙাইখো রা লৈরি' হাইনা থাম্লম্মী অম্লদগী হাইরকই—

"হঁবেম্মা, হুণী ঐথোইসি পংবনি। ইমুং মহুংদা শুংজন্দুনা লৈবনা করিমতা থংদ্রবনি। অহুনা জগৎ অসিদা ঐথোইদনা শিংলবোই নিংবনি অহুগা নিপানা হাইবা বা পুম্নমক করেম্নবনি অঙাওবনি হাইহুনা ঐথোইনা লৌবনি। বাথল অরানবা অসি ওসিদি নংনা চুমথোক্লে। অহুনা নপুরোইবনা হাইবদা নথবাইনা পামদে থন্দুনা য়েংপা তৌগনু। নংনা থাজৈশেংনা কত্তবা বানি থংলবদি কৈ।"

অহৃদগী চংলো হাইদুনা কোম্বিরৈহ থবক অমা অমা তৌবা চংথরে।

চাওত্তলনা হজননরগা থরোদা হাইরম্মী—থরো, অাং অত্তোনবী লাইরবী নমৌহৃবু মংগী লেবা লিং-থুংনা তৌত্রবরা ?

"লিংবা থুংরবদগী হেনথরে।"

"থংঙ্গদো, সুপী, থংদনা থংবা শাররী, হৈতনা হৈবা শাররী। নখোইনা লিংলহবু, নচাহু নখোইদনা সুংশি, ঐখোই মপাদি থক সুংশিদে। অসি নত্রদো ?"

"ওক্লে, নিপা। ঐ হৌজিক লোইনা থংলে।"

মখোই অনি রা ভাংনম্বিরৈভদা সুবল লাক্তুনা হংলম্মী—"করিগীনো ইমাগা পাজিগা লাওনরম্লিববো ?"

"হেরা, ইবুঙো, নমানা ঐগী ইমৌহুপীবু মাগীম্হ ওইগে হাইরম্লীয়ে। ঐ মহু লুমহুনা ভাবা, অহৃদগী মঙোন্দা হাইবিরম্বা"

থরোনা—লুমহুনা ভাবম্লীবোইরে, ওক্লেদা।

"উম্, ওকনি। নখোই সুপী হাইবসিদি অহুম ওক্তুনা পুম্লি অসি লোইগদবনি। খোংথাং থুদিংদা নখোইদি অঙকপদা থেংনগদবনি।"

অহৃদগী থরোনা মমৌহুপী কোম্বিরৈবু কৌরহুনা হংলকই—"ইবেম্মা, মংবু নকুবোক্তগী মমৌ ওইগদৌরিবরা, ঐগীদি ওই-রোইদরা ?"

কোম্বিরৈনা ইভক ভম্না তারম্মী করিস্থ খুমদে। চাওজনা হাইরকই—"ইবেম্মা, মাদি থিবা য়াওদে। ঐদনা নংবু ইথৈ ওইনা পুজরকপনি। মাগী মমৌকা ওইরম্থ।"

থরোনা অমুক হাইরকই—কোম্বিরৈ, নং ঐবু মুংশিত্রা! নমুমদগী চৌরকপা অশাওবত্থ চৌজিক কাওবা মুংথিরোইদরা?

মনেম্বোম্না অত্থুম্না হংলকপত্থদা কোম্বিরৈনা থরোগী মখোংদ খুকময়ুনা হাইরকই—ঐ ইকুবোক্সী মমৌনি, ইনেম্বোম্না ঐগী খ্বাইদগী মুংশিবা "ইমানি।"

কোম্বিরৈনা অত্থু হাইবা তারগা মুবলনা কোম্বিরৈদ হংলম্মী—কোম্বি. ইমানা হাইরিবসি করিদগীনো থংলবরা?

"নত্থবদগীনি।"

## পোম্নবা

১৬। ১০। ৪১ ইং
আজমীঢ়।

'করি ওইরবনো?'

অসি হাইত্থুনা কুমারনা মহাক্কী চৌথিদা কমত্থুনা লৈরম্বা মাগী চহি মতাংগী নিপা অমদা হংলম্মী। নিপাত্থুনা কুমারবু উবদা থগংলত্থুনা মমাই উং লাউরম্মী, খুমকম থংত্রত্থুনা ভুইওক-য়েনওক

চাদুনা লৈরম্মী। মাগী মতোমু উবদা করিসু চিংনবমমরদা কুমারনে খরা খরা চিংনবা হৌরক্লে। অমুক নিপাদুদা হংলকই—তৌবা ভগ্না মমুমদা ভদ্রলোক অতোপ্পা মপক খংদবা অমা লাকপদ হংবগুম্বনি—

"করি ওইরবনো ; ঐবু ভাইবিরক্লীবরা ?

চৌকিদা ফমদুনা ভাঙ্গোইরিবা নিপাদুনা মতাং অসিক খুমজ্রবদি ফংলরোই হাইদুনা মরোল ফাই-ফাইরদুনা খুমকই

"ঐ, বাংথৈ লৈকাইদগীনি। বা কারিসু থোইদোকপা লৈতে।'

করিসু থোইদোকপা মরম লৈতে হাইবদুদা অদুম হাইরিবমাল্লে হাইদুনা কুমারনা অমুক হাইরকই।—

"অদুম ভাইশাঙ্কং ফম্বিরমখো, ঐ মনু দা অমুক্তা চংজরুখিগে।'

অসি হাইদুনা কুমারনা ইমুংদা ছাতম শামুময়াদা মখোব পানবা পাইরদুনা মকী হোংদোকপা চংখিরম্মী। ছাত্তিনদু ফকলাংদা কোচি অমদা য়ানশল্লগা "রাধিকা, রাধিকা" হাইনা কৌরম্মী।

রাধিকানা মুংশামপি হোল্লদুনা 'করিনো' হাইনা হংলম্মী অমসুং কুমারগী মনাক্তা মমিৎ ইগুক গুকনা য়েংলদুনা লেপ্‌ভুনা লৈরম্মী। মাগী মতোমু উবদা কুমারনা হংলম্মী "করি তৌরে, তফিং ভফিং, মুংশাম্বর মপি হোল্লিববো ?"

"করিসু তৌদে।"

"আঃ ফম্বিবা ভদ্রলোক অসি উবরবা ?"

"অং।"

"কনানো থংবরা?"

"ঐখোইগী অচুৱাইদগীনি, ঐখোইগী তাদগী মরূপনি।"

"চান থক্লবগাদি করি করি তৌরে?"

অ[illegible] হাইনা হাইনা কুমারহ ফী লোখোক্লম্মী। মাগী ফী য়ানকখহুদা কোট্ নচিংবা খমদুনা অহুম লৈরম্মী। রাধিকারোমদা মমাই অহু য়েংলমদে।

মহাক্লা লুনা তৌবা মতৌহু উবদা রাধিকাহু ফিংগৎপা থরা হন্থরদুনা খুম্ম্মী—

"লাকপদা মঙাইরি। করিসু চানবা তৌদ্রি। ঐ ঙসাইমথৈ চাকশংদা চংদুনা হোৎনক্লরিবনি।"

অচুদগী কুমারনা "চৎলু, চৎলু, চান-থক্লবা তৌক্লচো, অচু হাইগে হাইনা কৌবনি।" হাইরগা বৈঠকখানাদা ঙসাইগী নিপা-চুগী মমাক্তা চংতুনা ফমল্লুরে। অচুদগী কুরিংথাও হুমগা হংলকই—

"চুক্লপ থকপিবরা?"

নিপাডুনা থকচৈ হাইরবদুদা কুমারনা কুরিংথাওদগী চুক্লপ পুখোকতুনা অমা পিথক্লম্মী অদুগা মহাক্লা অমা থক্লম্মী। চুক্লপ অদু অনিরক অহুমলক চিংলগা কুমারনা হংলকই—

"ঐখোইগী রাধিকাখোইগী তাদগী মরূপনি হাইবদি ঐদি ঙসাইমথৈ থংল্লুদে। মিং করি কৌবিগে?"

নিপাড়না কুমারবগী খোন্দাড়ু ভাবদা থর বিক্তং নীপাইবা হন্দরহনা খুন্নম্বী—কৃষ্ণচন্দ্র কৌই।"

"কন্নি থবক তৌবিরি?"

"খোইদোকপা কন্নিম্ন তৌজদে, অমুম অমা অমা চংখোক-চংশিন, লপ্লোন-ইত্তিক তৌহনা লেল্লি।"

"ঐখোইগী ইকুবোকখোইগীদি অমা-অয়েক লৈত্তেদনা, থংবিলাকপিদরা?"

"খোইদোকপা লৈতে।"

অহুদগী চুরূপ অহু লোইরমদাইগী কমা চিংলগা লংখোক্লম্মা অহুগা হাইরকই—"অহুদি কৃষ্ণবাবু, পামা-হৈরা ঐখোই লাইরবগী থরা লৈজবহু চাবিহোখো। ঐদি অসিদা ঐখোই লৈকাইগী ক্লব অমা তৌসি হাইহনা তৌরি, মহুগী মিটিং অমা চংচক্লখিগে। রারোবা য়াদে।"

"য়েঃ য়েঃ, কন্নিগী রারোক্লগবনো?"
কুমারনা হোগংলগা রাধিকাবু কৌরকই, রাধিকানা লাক্লবদা হাইরকই—"রাধিকা, ঐ মিটিং অমা রাওগদবা লৈ। অহু অসিদা কৃষ্ণ বাবুগা রারি শামিন্নরবা কনামত্তা লৈত্রে, থরা লৈহোরো। ঐ চংলগে।"

অসি হাইহনা কুমারহু কৃষ্ণচন্দ্রগী মনাক্তা থাগী লৈপাকমা শাবা খেম্পাক অমদা চুরূপ মরি মশাথক থনম্লগা মিটিং রাওর্বানি হাইহনা খোকথরে।

রাধিকা মচিনবান্দা খোইরুম খোইরুম লোক্লহুনা কৃষ্ণ-চন্দ্ররোমদা য়েংবা মীচি অদু কৃষ্ণচন্দ্রগী মীচিনা ওক্লহনা চৌকি অমদা ক্ষমহুনা রারি শারে। কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—"রাধিকা, ঐনা হাইদ্রা, ঐ চৎলগে, চৎহল্লোরগে হাইনা। ওসি কুমার বাবুনা কত্তবা মী অমা ওইরম্লবদি কয়াদা চোপকদবনো?"

রাধিকানা থোনা ফনা খুম্লকই—"করিগী চোপ্ল্গবনো? মীওইববু পংচোপ চোপ্পা য়াবরা?"

মথোাই অনি চারে—থকলে, রারি মুংঙাইনা শারে। কুমারনা পিরম্বা চুরুপশিংদু লোইনমক থকলে। ঙাইহাক লৈরগা রাধিকাগী য়েং-থংবা খজাইদা খুদোনবীনা চক্-লাউনা থিল্লগা কৃষ্ণচন্দ্রদু হোগৎহুনা চৎকে হাইরে। রাধিকানা "কদৌঙৈ অমুক লাকনি" হাইনা হংলকই।

মতুদা কুমারনা পাপ্পি-পণক য়েংলগা অফবা মুমিৎ পুংকম য়েংহুনা লাকে হাইহুনা খুম্লম্মী। মতুদা রাধিকানা হাইরম্মী।—

"মীনা হাইরগা করেম্লরিবসিবো। কদৌঙৈ লাকদগে মতম থংহল্লম্মু।

"কুমার বাবু করম করম্বা মতমদা—য়ুমদা লৈগল্লি।"

"অয়ুকা, মুংখিল মুংদাইরাইরম অনিসিদনি। অতুদগী চারমদাইদা হঙ্গল্লকই।"

"ফয়ে অদু ঐ মতম থংলে। হংচিৎ অসি লাকে।"

লৈকোন্নুংদা

"পোইরম্নুকো, হয়েংমুক্তি চান-থকনবা য়াম্না লাংলমগদবনি, ভাদা।"

"কুমার বাবুগী পৈশানা লাংবদি চানিংদেদা।"

"হে রাধে, ওন্থোকপা রাবু হাইরেদ। অপংবগী মরক্তবু অশিংবনা চাবস্নু মডাক। মী পুন্নমক চানরিবনি। ঐখোইতনা হৌদোকপা অনৌবা নত্তে"

"হোই, হংচিং অহু শেম শাহুনা লৈরমলো। সিনেমা য়েংবা চৎলুসি।"

অসি হাইরগা সুংশিবা মিৎতা অমা তৌরমলগা কৃষ্ণচন্দ্র অহু চৎখরে। রাধিকাস্নু মথরাই হরাও-হরাও নোকতুনা লৈহৌই।

২

মিটিং লোইরহুনা কুমারহু যুমদা হল্লকলে। মখোং মখুৎ হামদোক্লগা হুমাই অমা পাইরহুনা চুক্লপ অমা থক্লহুনা বৈঠকখানাদা ফম্লম্মী। মথন্তা ফন্থা সুংঙাইঞহুনা রাধিকাবু কৌরম্মী। রাধিকাস্নু থোরকতুনা মনাক্তা ফম্লগা হংলম্মী—করি হাইগদৌবা লৈ।"

"অস্নুম চুম্না রারি শাসি হাইবনি। রা অমা হাইগে। কৃষ্ণচন্দ্র বাবুহু মী য়াম্না ফবা মাল্লি। ঐনা লাল্লবরা?"

"য়াম্না ফৈ। ঐখোইদি অভাং ওইরিঙৈদগী তিম্নরকপনিনা থংই।"

মখোই অনি অহুম্না ফম্লিঙৈদা পাথং মচা অমা চংঙক্লুনা

চিঠি অমা কুমারগী মথুক্তা পিরে। কুমারনা লৌরগা মরোল হনগদবরা হাইনা পাখংমচাহনদা হংলম্মী। হনগদবা মত্তে হাই-হনা পাখংমচাহ চংখরে। রাধিকানা কনাদগী চিঠিনো হাইনা হংলকই। কুমারনা ফাকতুনা পারগা কৃষ্ণচন্দ্রগীনি হাইরম্মী।

মতু তাবদা রাধিকানা হরাওরহনা নোকমি-নোকমি তৌহনা করি মরমগীনো হংলগা মনা থাজ্জংতুনা তাগদবগী লৈরম্মী। কুমারনা চিঠি অতু মরোল থোক্তনা তুমিন্না পারগা মুংশাম্বর মপি অমা হোন্নগা চৌকিদা ডাথহনা ভাইকাক লৈরম্মী। অতুদগী রাধিকানা হংলকই—

"করি তৌরে, চিঠি পারগা তুমিন্না লৈখ্রবদি, রারবরা?"

রাধিকানা হংজরিবা রাহুগী পাওখুম খুমদরে, কুমারতু মমিত্তগী ইখং খংলৌদনা পি ইচেল অনিথক চেন্থরক্লগা 'রারে' হাইহনা ইমুংদা চিঠি অতু পাইহনা চংখরে।

ইমুং চংলগা ফমুংদা ফমহনা মিংকুপ অম-নি লৈরম্মী। অতুদগী মপি তৈথোকতুনা ফমুংদা লোংথাক লোংনা হাইথখরে।

রাধিকানা ইশুক-শুকপদা নত্তনা অকীবা অমা য়াওনা তপ্পা তপ্পা ইমুং চংহনা কুমারবু কদাইদা লৈবগে হাইনা য়েংলকপদা—ফমুংদা লৈবহু উরম্মী। মরাগী মনাক্তা চংহনা কাংখল হাংদোক্লগা মরাল-লৈরবীনা রা পাক শাংবা শুমদবগুম— কা'থোল মচাদা খুং অনি থমহনা ডাথহনা কুমারগী শুংশখরবা মায়খোংদা য়েংহনা লৈরম্মী

কুমারন্নু অহুম য়েংহুনা লৈরম্মী, মা করিমতা হাইরমদে। রাধিকাবু চংথোকথরো শক য়েংনিংদেনচিংবা অশাওবা মা হাইদুনা তাম্থোকপন্নু তৌরমদে। ঙাইহাক লৈরগা রাধিকানা হাইরকই—

"করি তৌরবগে, নংনা তৌরিবা মতৌসিবু? করি হাইরে কৃষ্ণচন্দ্রনা? করি রাখল থল্লিবনো?"

"রাখল অমথক থনবদা য়াম্না রারে। অহুমা ঙাইহাক পোখাগে তৌরিবনি।"

"করি রাখলনো, ঐঙোন্দা হাইবা য়ারোইদরা?"

"য়াই।"

"অহুদি করিনো?"

"অসিনি, চিঠি অসি ঐঙোন্দা পিরকপা নত্তে, নংঙোন্দনি।"

"করি হাইনা ইরিবনো?"

কুমারনা চিঠিদু রাধিকাগী মখুত্তা পিদুনা পাহল্লম্মী।

চিঠিগী মরোলদি অসিনি:-

"রাধিকা,

হৌজিক্তি নং মীগী ওইরবনি। ঐবু অমুক কোরক্লগন্নু। নংনা করিগুম্বা ওমদ্রগা কুমারবু থাদোকপা ওমগত্রা ওম্মোইত্রা হাইবদু মুন্না থল্লু। হয়েং পাওথুম পাম্মী। নংগী পাওথুম ফংলগা হংচিং লাকনি, নত্রবদি ওমলোই।" ইতি নংগী—

কৃষ্ণচন্দ্রসিং

রাধিকানা চিঠি পাবা লোইরগা কুমারগী মোন ময়াদা থম্লগা হংলকই—

"হৌজিক নংনা করি ভৌগে থল্লম্লিবা—।"

"নংবু রাধিকা, রা অমা হংগে, পুক্লিং শেংনা খুম্মু।"

"করিনো ?"

"কৃষ্ণচন্দ্রবু নংনা সুংশিবসি থাদোকপা ওয়রোইদরা ?"

"মাবু সুংশিবদি কাও হাইবা য়াত্রি। অদুগা মাগী মনাক্তা চংপদি য়ারোই হাইবা থংই।"

"অদুদি নং ঐগী নাক্তা পুন্সিচুপ্পা লৈবা তারি ?"

"লৈগনি, লৈনবা হোৎনগনি, ওমদ্রবস্তু ওমদবা য়াদে।"

"হৌজিক নং অদুম হাইনা চিঠি মরোল হনগদৌরিবরা ?"

"অং হনগনি"

"ঐনা থনবা রা অমা লৈ। মতু হৌজিকফাওবা নংভোন্দা হাইদোকত্রি। নং তাগেরা ?"

"ফে তাগে।"

"নং মাগী মনাক চংলো, অদু ওইরবদি ঐনা নংবু পেলহনবা ওমগনি।"

"করম্না চংকনি ?"

"ঐ মা কৌহুনা হংথিগে।"

মথোই অনি অস্থুম ওাংনরগা রাধিকা থবক অমা-অমা তৌবা চংথরে। অদুদগী কুমারস্তু রাধল অক্লম্বা অমনা নম্বরহুনা ফমুংদা অহুম হিগুনা লৈরে।

৩

কুমাব্রনা রাধিকাগী রাসি করম তৌসিগে হায়না অস্থুম খল্লি। খাঙ্গৈশেংবা পোলেপ্‌ক্ষম অমা ফংদ্রি। কৃষ্ণচন্দ্রনা অসোমদা রাধিকাগী পাওখুম লাকত্রে হায়তুনা ভাইতুনা লৈরি। রাধিকানা করম তৌসিবা হাইত্রনা লৈরি।

রাধিকাগা কৃষ্ণচন্দ্রগা হাইনবা মুমিং অহু য়োরক্লে। অহু য়োরবদা রাধিকাগী পাওখুম লাকপা লাক্তবা ভাইতুনা কাম্রদে হাইতুনা কুমার লৈগদবা মতমদা অয়ুক কৃষ্ণচন্দ্র লাক্লে।

কুমারগা রাধিকাগা চা থক্তদবগী বৈঠকখানাদা ফমতুনা লৈরম্মী। কৃষ্ণচন্দ্রনা চংলকপা য়াগদরা হাইনা হংবদা কুমারনা খুম্নকই—"করিগী য়াদনি, চংবিরকউ।"

অদুদগী কৃষ্ণচন্দ্র চংতুনা ফম্লে। মখোইগী চা থকপত্থ মাপ্থ রাওনা থক্লে। লোইরগা কুমারনা হাইরকই—"ঐ ইরুজঙ্খিগে। রারি শাহোখো কৃষ্ণবাবু।"

"ভাইহাক্তং রা অমতা ভাবিরবদি মুংভাইনিদা।"

"হাইবিয়ু, অমত্তা নত্তনা অনি, তম্রাথোক্লা হাইবিয়ু কৃষ্ণবাবু।"

রাধিকানা মখোইনগী মরক্তা লৈবত্থ ইকাইবোক লৈনিংবোই অনি য়াম্নরম্মী। অহুবু মুপী ওইবগী ইকাইবা হাইবত্থদি য়াও-রিবনিনা হৌগৎতুনা চংকে তৌরম্মী। মত্থ উবদা কৃষ্ণচন্দ্রনা হাইরকই—"রাধিকা নংস্থ তাও, ঐগী রাস, ফমথখো ভাইহাক।"

রাধিকাদু ফমদবা য়াদহুনা ফম্লে। কৃষ্ণচন্দ্রনা রা হৌদোক্লক্লে।—

"কুমার বাবু, নহাক ঐগী মীনা চিঠি পুথিবদু রাধিকাসু লোইনা পাখিররিনিদনা ?"

"পারে কৃষ্ণ বাবু ।"

"শাওনিংদরা, ঐবু য়েংনিংলবরা ?"

"ঐ মতুগী রাখল লৈতে ।"

"অদু ওইরবদি অওইবা রা অমা হাইগে, নখোই অনিমক তাউ। রাধিকা অসি ঐগী ওইনি, ঐসু মাগী ওইনি হাইদুনা অগাং ওইরিবৈদগী হাইনদুনা লৈবনি। অদুবু লাইনা অমা তমথরে। মহাক্না কৌবদা ঐনসু য়াম্না চংনিংহনা নহাক লাকপনি। অদুবু ঐখোই অনিংসি অসুম তোইনা উনরবদি ঐনসু মাগসু কুমার বাবুবু লৈ হাইবা কাওথিবা ভারে। অদুনা ঐ নংগী নকমদা ঐখোইনিমক্কী থোইদোক হেন্দোক্না রাধিকাগীদমক ভাকপীবু হাইনা ওসি হাইজগে লাকপনি। মহাক অসি ঐবু সুংশিজবতনি, ঐনসু মহাকপু সুংশিজবতনি। অদুগা ঐখোই অনিমক্কী নংগী নপুক্লিং চিংনবা য়াবা ইরাল অমতা ওসি ফাওবা লৈত্রি। মরম অদুনা থোনা ফনা ওসি অসিদা চংলকপা ওক্লিবনি। সুংশিবা হাইবসি মী থুদিংমক্কী লৈ, অদুওমদুনা ঐগীসু লৈ। অদুগা মীগী-দমক সুংশিবগী মৈচাক খাংদুনা লৈবা ওম্মী ।"

অদুদগী কুমারনা হাইরকই—

"কৃষ্ণবাবু, ঐনা খল্লম্বা রা অমা লৈনে। মদুনা ফগদরা নিংইনে ।"

"করিনিনা ?"

"অদোং ওইরিবৈদগী তৌরকপা আশা অছু খুংনবা তৌবনা কপদরা ?"

"অদু তৌরগা নংগী করি তোংৈ, কুমার বাবু ?"

"তোংবা তোংজদবা—মহুগী রা থংদে। অদুগা নথোই অনিবু পেলহনবদি গুমগনি মহুনা।"

"ঐখোই অনিগী পেন্নবা অমদি লৈ, কুমার বাবু।"

"করিনিনা ?"

"ঐনা হাইরিসি তৌবা।"

অসি হাইরগা কৃষ্ণচন্দ্রনা রাধিকারোমদা য়েংলগা 'করি হাইগে রাধিকা' হাইনা হংলম্মী। মহুদা রাধিকানা হাইরকই—

"মহুতনা ঐখোইনিগী পেন্নবনি।"

অদুদগী কুমারনা হাইরকই—

"ফরে, মহুতনা নখোইনা পেন্নবা ওইরবদি ঐগীসু মহুতনা পেন্নবনি।"

## মপুরোইবা

১৮। ১০। ৪১ ইং,

আজমীঢ়।

ফমাংদা লোংনা হিপ্লহুনা শ্যামসুন্দরনা মাগী মুপী চবি কুনমাখোই গুরবী অহুদা হাইরম্মী, মুপীনা মনাক্তা লেপ্লা লেপ্লা

মকোক্তা খুদোমবীনা হাকচবা হোৎপওই করিওই তৌনা তৌনা রা ফারম্মী।

"জাহ্নবী, ঐগী পুক্নিংদি অমুম লাংতক্নহনা পুক্নি লোমদৌ-রিবরা?"

জাহ্নবীনা মপুরোইবগী পুক্নিং লাংতক্নবগী মরম খংলমদে। মহাক্কী সেবাদা নিংবা থুক্রহনা তৌরবরা হাইনা মহাক্কা চিংনরম্মী। অদুনা মহাক্কা মথৱাই রারহনা হংলকই—

"ইবুঙো, করি তৌরবগে? মরম হাইবুদনা।"

"করিবু তৌনরুগবনো, নংঙোন্দা হাইরগা ঐদা নত্তনা মংম্ম য়াওনা রাগদৌবা পোৎলি।"

"মপুরোইবনা বারগা রাবা মুংঙাইরগা মুংঙাইবা হাইবসি, ইবুঙো, মুপী ওইবী ঐথোইগী ইথৌনি। ইথৌনি হাইদুনতা রাবম্ম নত্তে, থাঙ্গৈশেংবম্ম মুংঙাইবা য়াদবনি।"

"কাম্নরোই। অদুগী শরুকপুদি হিদাক ঙাম্বক অমতা থকসি।"

জাহ্নবীনা শ্যামসুন্দরগী অৱাবদো করি মরমগীনো হাইবা য়াম্না থংনিংলম্মী। অদুমকপু মাগী থংনিংবদু থাংহনা লৈরগা মপুরোইবনা হাইদোকলবা ফালদদা থংবা হাইবহনি হাইবম্ম মহাক থংজরম্মী। অদুনা রা অতৈ ঙাংলমদনা হিদাক হানবা চৎখরে।

জাহ্নবীনা চৎখরগা শ্যামসুন্দরনা মথন্তা খল্লম্মী—"ওহ্মোক-পনিদা, মুপী, নথোইগী অথাং-কনবসে করিগা চাংদম্নরুনি?

মপুরোইবগীনি হাইদুনা তৌবদা অরাবা মচেৎ অমা কাওবা কোংদোক্তে। জাহ্নবী, নংনদি থংত্রিবা। ঐনা রাম্বিবনি, ঐনা নিংজিরদি থুমেবা তৌরবদি নংগীদি থম্মোইদা তাশোলনা থিরবগা মান্নগদৌরিবনি। অদুবু নংনা 'করিগী রাম্বিবনো হাইবু' হাইরি, ঐনসু ইশাগী পুংশাইবগীদমক্তা থনবনা হাইনিংবনা লোইরে। হে মুনী, নথোইদা নিপা ঐখোইনা ওংলিবসি। নখোইনা কৈ ফত্তে হোইনি-মাইনি অমত্তা হাইবা লৈতনা তুমিন্না মেছিনদোনা অদুম অইং-অশা পুন্নমক্তা থবক তৌদুনা থাংবা ওম্বিবা। ঐখোইগী উরকপা মীরাইওম।"

মহাত্মা অমুম্না থল্লিখৈদা জাহ্নবীনা হিদাক পুরক্লগা পিররে। অদুগা ওসাইদোমা লেপ্তুনা লৈররে। শ্যামসুন্দর হিদাক চিংলগা হাইরকই—

"জাহ্নবী, মহাক অসিদা লৈররসু। নংগা থবক ওগদবা ওরুচো। ঐ অসুম ওাইহাক্তা পোথাগে।"

জাহ্নবীসু থবক অমা অমা তৌবা চৎথরে। অদুবু থবক্তা মান্ন পুক্নিং চংলক্তে। মপুরোইবনা রাই হাইরিবদু করিনো মহাত্মা কোকপা ওন্দরা হাইনা নিংলম্মী। অদুনা অরাবদু করি করম্বা অরাবা ওইরিগবা হাইদুনা থনবা হৌরক্লে। চংদুনা শ্যামসুন্দরদা হংগে তৌবসু মহাকী হিদাক ওাহুক অমতং থক্লুনা পোথাবদু কাইররনি হাইবা কীবদগী অমসুং মহাত্মা পোথা-

মিৎৈতা জাহ্নবীবু তাংহোয়রকই হাইবদগী হোরেন করিগুম্বা কৌরবা কালদা চংগে হাইদুনা তোক্রমলে।

শ্যামসুন্দরগী সুখীবু কৌশলক্তে, অদুম তুমিন্না রাখলগী ইপাক্তা তাউদুনা লৈরে। করিগুম্বা মতমদা ইরাকুনরকপগী য়াওই। অদুবু মাগী অয়াবা মাইথোং অদু কনামত্তবু উহন্নিংলমদয়ে। অদুনা জাহ্নবীবু কৌশলবা লৈত্রে।

জাহ্নবীনা খল্লম্মী—মরা মপুরোইবগী অরাবসি কোকলবা হোৎনবদা করিগী তুংহনগদগে, ওস্বামথৈ হোৎনগদবনি। মরমসিনা মনেম্মোক্তা য়াসি তয়পা উপায় অমা তা-নবা থোকপরা হাইবা য়েংগে নিংলম্মী। মনেম্মোকী মনাক্তা চংলগা হাইরকই, মনেম্মোক্না কী অমা মথোং তিংথোক্তুনা ফোংলগা মমৌগী বাহু তারম্মী।

"অবোক, ঐখোইগীসি মথরাই অরাবা থবক অমা তৌরে হাইদুনা চিন্তাগী মশক ওইদুনা লৈরে।"

"করি তৌরুরে হাইবগে?"

"মহুদি তাকউ হাইবা য়াদে।"

মমৌস্থুম্নীগী বাসি তাবদা খন্থরম্মী—মাগী মচা শ্যামসুন্দরনা মী হাৎপা, মীগী মপোৎ হুরানবনচিংবা থবক কত্তবদি তৌরম্লোই। মহাক্না তৌপে হাইরবদা মী য়ৈনরম্বা, অদুদা মীনা লাকচরক্তুনা মশানদি মুথরাবী মচানিনা—মথরাই রাবা ওইরম্বা তাই। মহাক্না খনবনা ওাক্তা চুম্বা ওইবা য়াবা নত্তবনিনা তাংদাংবা মরম্ম থংগে

লৈকোন্‌নুংদা

হাইহুনা কী কোৎলম্বত্ত হন্দোক্লুনা মচাগী কা তাম্না চংখিরম্মী। মচান্না হিদাক থক্ল-থক্লহুনা মমাই ইমক-মকশিন্না লৈরম্বা মতৌহ্‌ উবহুদা হাইরকই—"ইবুঙো, কল্লি তৌরে নংনা নমাই মকশিন্দুনা লৈরিসিবো ?"

মমাগী য়াদু তাবদা মমিৎ উইশিন্দুনা লৈরম্বা পাংখোক্লুনা হিদাক থকপা তোক্লুনা ফুক হোৌগৎহুনা 'কল্লিস্থ তৌদে ইমা' হাইরম্মী।

"মীগা য়ৈন-লাকনরুরববা ?"

"য়ৈনদেদা। কনানা হাইরিবনো ?"

"কনাস্থ হাইদে। অদুক হংলিবনি, নংনদি শুক-শুকথরহুনা লৈ। অদুদা ইমানা মুংঙাইত্রহুনা কল্লি তৌরবগে হংবনি।"

"কৈস্থ তৌদেদা ইমা, হকচাংসি থরা থম্বা শাবগুম তৌই, অদুননি।"

কল্লিস্থ তৌদে হাইবা তাবহুদা মুংঙাইরেদি হাইরগা মশা ওমদে হাইবহুদা অমুক মুংঙাইত্রে। অদুদগী মমৌমুপীবু য়া থংমন্দে হাইহুনা কৌরগা চৈরকই—"চহি কুন শুরে, ইবেম্বা, হৌজিক ফাওবা জ্ঞান তাত্রিবসিবু কল্লি তৌরবগে ? মশা শারে হাইরিবাঁস থুম-থাও থম্বা নোইবিহুনা তৌ হাইনি ঐনা হাইদি। নখোইবু হৌজিকফাওবা অসুম তাক্লুনা লৈরবদি ঐদি কদাই চমগদগে, নপামদদি কল্লিমতা থংভকত্রেদো, হৌজিক-কালগী অঙাংশিং অমিনা।"

মমানা মচা মুংশিবদগী মচানুপাগী মুংশিজরবী মুগীচুবু কাওবা থিনা চৈথদা হান্নেংলমদবী শ্যামসুন্দরগী মমাদো মমৌবু চৈরম্নগা চংথরে।

জাহ্নবীনা তপ্না তপ্না মরাল লৈরবসু লৈরবনি হাইবনা শ্যামসুন্দরনা হাইরকই—"থুম-থাও মোইগে, হিপথরো, ইবুংঙো।"

"হুং হুং, থুম-থাওনা হন্থহনবা ওন্না মৈশা নত্তে, ঐগীসি। কাম্নরোই, তৌসু।"

"অচু ওইরগা করি তৌরবগে হাইনুদনা। মরম থংজবদি ঐসু তোকম থংজে। অসুম লৈথোক্লবসু অবোক্লা য়েংনিংলোই।"

"নং নথরাই রাগনি হাইদুনা তৌবনি, জাহ্নবী।" হাইনা শ্যামসুন্দরনা তপ্না মুংশিনা হাইরকই।

অতুদগী জাহ্নবীনা হাইরকই—"ইবুঙো, নংনা রাগগা ঐনা রাবদগী নংনা মুংঙাইরগা ঐনা রাবনা হেন্না কৈফে ঐখোই মুগীদদি।"

"অচুবু নংঙোন্দা হাইদোক্লগা নংদমক রানি, ঐগী অরাবদি কোক্লোই।"

"অচু ওইরবসু মরম থংনা রাজবনা কৈ।"

"হাইনুরা ?"

"হাইনু, মুংশিবা।"

"হাইগে, নং রারোনুকো ! হাওবমগী থম্বাল অসিগীনিনে।"

"মহাক্না করি হাইরি ?"

লৈকোনম্মুংদা

"মহাক্তি লৈগে হাইরি। অদুদা মংগা ইমাগনু কীবদগী লৈরবনি।"

"য়াকন্নু, ইবুঙো, করিম্নু লৈতবা মরমতুগীদমক অচুক য়াম্না চিন্তা তৌবা হোৌনদে।"

"মংনদি করিম্নু লৈতবা হাইবা, মহাক্তি ঐগী থরাইনি। থরাইতুগী মপুনা নহাক্নি। মহাক য়াওত্রবদি ঐসি থরাই য়াওদবা ওইরে।"

"থরাই য়াওদবা মীগী মপু ওইগদৌবগী শরুকপুদি ওইদবনা কৈ। ঐনা শোইদনা থরাই হাপ্নবা তৌগনি।"

অসি হাইরগা জাহ্নবীহু চংথরে। শ্যামসুন্দরনা ওক-ওক্ননা লৈহৌই।

২

জাহ্নবীদো চিন্তা তৌবা হৌরে। মাগী য়াবনা শ্যামসুন্দরনগী হেল্লে। মশম মনা ইফা-ফারে, ফী-রোল মোংলি-লাকই হাইবা মশাগী বিচার অমতা লৈতরে, চাবা-থকপদা পুক্নিং চংদরে। কলাগুম্না অউবা অমনা মহাকপু লম্বোইদৌরবন্না হাইনা খনবা য়াবা ফীভম য়োশল্লক্লে। ইমুং চংবদা বাথল অমরোমদা থন্দুনা চংশনা থুদি খিজুনা কয়া ফুবা থংবা য়াওরে। মতুগীদমক মনেম্বোক্লা—মমিং যুবরা হাইনা চৈবিরনা কয়া, অতাবা মীনা মথোইগী মনি-মমোসিবু করি মতৌনো হাইনা হাইনরে।

কনাগুম্বনা খনবা য়াই, জাহ্নবীনা মথরাই বারিবসি কন্নক-পদশীয়া হাইনা। অদুবু মহুম্না খনবা মীনা অয়াববা ওইয়ে। কন্নকপা হাইবা তীস অদু লূববা জাহ্নবীগী খল্লোইদা লৈনিংলমদে। মহাক্না বাবদি মনেম্বোকপু করম্না থম্বালসি পুরক্নবা য়াহনসিগে অসিনি। মহাক্তি কল্লক্নবা কন্নিগীনো হাইনা খনবা য়াই। মুশী ওইবা খুদিংমক্না তুম্নোম্নবী ওইনিংদবদি হোৌনখানি। মহু জাহ্নবীসু ওইনিংদে। তৌইগুম্বসুং মপুরোইবগী মুংওাইনবগীদমক মহু পুম্নমক থাদোকপা শুবী মুশী অমা জাহ্নবীনা ওইজরম্মী।

মনেম্বোক্না য়াত্রবসু অদু মগাইয়ে হাইয়ে হাইনা মপুরোই-বগীদদি থিংবা থুংহনগে নিংলম্মী। অতুনা মহাক চম্নোম অমা চুপ্না চিন্তা পুম্নবা মতুংদা চিন্তা থাদোক্নুনা শ্যামসুন্দরগী মনাক তাম্না চৎলম্মী। শ্যামসুন্দর অতুসু চিন্তানা মমাই মাইথোংহু ইকং কংনা তাইকেৎ তাইরম্মী, মশম মনা ফা-ফারম্মী, মোজাফুরিং শেগাইবা অমা লিংথুনা লৈরম্মী। চমোৎ-চমোৎপা মগুংদা লাক্লম্বী মুশীবু উরগা অরাবা অমুক হেনগৎলম্মী। মথোই অনিগী ফীভম অদু চপ মান্নহুনসু শ্যামসুন্দরনা হংলকই—

"জাহ্নবী, কন্নিগীদমক নংগী তনৌরিবী মাইথোংদো কংশিল-লবনো?"

"থাংদে, নংনা বাবা উবদা ঐসু পংন্নাদা বাথয়ে, ইবুংঙো। বা অমত্তা হংগে লাক্লিবনি।"

"হংউ, পুন্নিং শেংনা খুমগনি।"

"খঙ্গাল অতু অসিদা লাক্লগা ঐ লৈবা য়ারোইদরা, ঐবু ইপাময়দা চৎন্নু হাইবরা ?

"নত্তে নত্তে, মংবুস্থু খাদোক্লিংদবদগী য়াম্নিবনিমে জাহ্নবী, মাবু ঐনা পুরক্লগা নংনা নমুমদা হেক চৎখি অদুগা ইমানা ঐবু মুমদা চংহন্দা—অসি কিবদগী তৌমিবা চিন্তানি। ইমাস্থু মচানিনা খরা শাওয়গা ডাকপিবা য়াই, অদুগা নংনফি ঐবু ডাকপিবা লৈরোই খনবদগীনি।"

"ঐগীদি করিমতা কিদ্রস্থু। ঐবুস্থু লৈহনগনি হাইরবদি নংনা ঐবু য়াম্না হেন্না মুংশিবিবগী খুদমনি।"

অসি হাইরদুনা মথরাই মুংডাইবা উৎলদুনা খরক্-খরক্ কংলস্বা মচিনবান্দা মোমোম মোমোন লোক্লম্মী। মানা নোকপদু উরগা শ্যামসুন্দরনা মথরাই খরা মুংডাইজরম্মী।

জাহ্নবীনা 'করিম্থু লৈতবদুগীদমক য়াক্ময়থু ইবুঙো' হাইরক্লগা চৎখরে। শ্যামসুন্দরনা মাগী য়াহু তাবদা ইগুক গুক্কুনা লৈহৌই।

---

৩

জাহ্নবীনা ডাইহাক লৈরগা মকি-মরোল ইরেঙনা শেৎলুনা মশম-মনা অক্ষাবদু থাও তৈশন্দুনা শমজেৎ নিংখিনা হাৎলদুনা কোম্থোং পাংনা চৎলম্মী। শ্যামসুন্দরনা মাগী কাগী মিহুৎখোং-লোমদা জাহ্নবীনা চৎপদু উরম্মী। মহুদা মপাম চৎখরবরা হাইদুনা পাখৎলদুনা 'জাহ্নবী, জাহ্নবী' হাইনা কৌরম্মী।

মপুরোইবনা কৌবতুদা 'কম্বিনো' হাইনা চংগুকুনা অমুক হংলে। মতুদা শ্যামসুন্দরনা হংলকই—"নংবু নমুমদা শাওড়না চংলমম্রা ?"

"চংতে চংতে। ঐহাক অসিরাইদা মী অমতা উনরগে তৌবনি। নখোং পাইহুনা রাশক্লিবসিনি মুমদা চংপা নত্তে। পুং অনিরোমগী মতুংদা ঐ হল্লকনি।"

"ফৈ, ফৈ, চংলু চংলু। হল্লক-লাকলক্কবগাদি তৌগনুকো।"

অদুগা মতম ওইরবদি কদাইদা চংকদৌরিবনো মফম থাংলে-শোংবা তাক্লগা চংলু হাইগদবনি। অদুবু ওসিদি মথরাই রানা উরবী জাহ্নবীদা করিমতা হাইদ্রে, অদুম থাদোকখরে।

জাহ্নবীনা চংলগা থম্বালখোইগীদা চংলুরে। থম্বালনা জাহ্নবীবু মশক থংবা মরম্না ইংকক-ওক্কুনা লৈরম্মী। অদুগা অমুকমু ওসিদি চৈরগদৌরিববা জাহ্নবীগী খোংখাংসি হাইদুনা চিংনরম্মী। তৌইগুম্মুং জাহ্নবীনা ইতপ-তপ্পা হাইরকই—

"ইবেম্মা, ওক্কমু, ইচেনা লাক্শসি নংবু চৈগে লাকপা নত্তে। করিগুম্বা চৈরবমু নংনা নিংবা নথৌ পাংথোক্কবা হোৎননবগীদমক্নি।"

থম্বালনা রাতাদু ভাবদা ভাব ইতা-ভাত্রদুনা হাইরকই—

"করি থবক্তীনো ইচেনা লাকখোক্তনা লাকপবো ? ঐনা নকাদা য়েংলো হাইবতুদা য়েংপা তোক্লো হাইরিবরা ?"

"হাইদে। মহুনা য়েংপা কৌরবদি মপুং ফাদা য়েংত্রিবা করিগীনো হাইগে তৌবনি।"

"কৈরম হাইনা ?"

"নংগীদমক ইপুরোইবা, অদোমগী ইপুরোইবগীদমক ঐহাক চাদ-থকনা লৈরকপা ওসি তরেংনি তরে। মংনা কপোক্তৈ ঐপোক্‌ইবী অরাইবসি কোকহনগে হাইবা।"

"নপুরোইবদু ঐনা চংহনজবদি অমাবা কোকদবা ? অদু ওইরবদি ওসিদগী হোৎনা—"

"নত্তে নত্তে।"

"অদুদি ?"

"মংনা মাবু চংহল্লোই হাইবদু মাখা কৈ। অদুগা মদু তৌগে হাইরবদি নং ঐখোইদা চংপা তারে।"

"ইচে নংগী মাদু ভাব তাদরে।"

"তানি, করিগী তাদনি। নং ঐখোইদা মাগী লেবা তৌরবসি হাইবনি।"

"মতুনা নংগী করি মুংঙাইবা লৈহনা।"

"নংবু উরগা ইপুরোইবনা নোকপা, কপ্পা খাদোকপা, অদুগা ঐসু হরাওদবা—অদুনি।"

লৌনম তৌখিমায়ে হাইদুনা থম্মালনা হাইরকই—

"ইচে জাহবী, ঐদি ভুরোমবী ওইবা ওয়োইবো।"

"করি তৌই অদু তৌরগা ? করে অচৌবী মাদু মালি। অদুগা নিপাসিনা চাকম থককন থংদতুনা মাখিবসি থরা কোকহল্লু হাইবনি।"

"মহুক তৌরগা নংগী সুংজাইজবা ওইদৌরিবা নত্রা ?"

"মানি।"

"ইচে নংদি নপাগী য়াম্না সুংজাইবা থিবীমিনা।"

"মানি, ইবেম্মা। নংনা সুংজাইবা পিবীনি। পিরো চনিদগী। চৎসি হৌজিক ঐখোইদা সুংজাইনা ঐখোইনি ভংহনা মাগী সেবা তৌকসি।"

"করি হানো ইচে, অহল-লমনগী য়াম্ন ভাদনা ঐনা করম তৌরা চৎকনি ?"

"অহুদি নং মাবু সুংশিন্দেদনা।"

"য়াম্না সুংশি। মহাকসি ঐ ইথক্তগী ওইবা য়াবমবদি হাইনহুম থাদিবনি। করিগী সুংশিদনি।"

"অহুদি অহল-লমনগী বা হাইরিবদি ?"

"অহুবু ইচে, ঐখোই হুপীসি ইনিংতম্বা ওমদেনে !"

"নিপানিদি পিবা ভাবেনে। মহাক পিরবদি ঐদি হিংবা য়াবরোই।"

"অহুবু ইচে, ঐনা করি তৌবা ওম্মী ?"

জাহবীগী থম্মোইদা ভাপোলনা থিরে। অতৈ অমা ওইরবদি থবালগী রানিনা য়াম্না সুংজাইজবা য়াবনি। মনা মপুরোইবদা হাইদিনা হাইবদু য়াদবা মতাং অমা ওইনা থোক্লে। মহাক্না মৈথৎতুনা থবালনা য়াদবা ওইরমগনি হাইনা মপুরোইবনা তৌবা য়াই হাইনা থরম্মী। তৌকম থংজিন্নুনা অথুম ককলাং অকোইবদা

কোইরেং য়েংশিবদা মহাক্কী শুকখবা মাইথোং অহু খম্বালগী মমা অশংবীনা উখরে। অশংবীনা মাইথোং মতাসিদি হাইহ্নুনা প্রং প্রং মথোইমিগী মনাক্তা লাক্লগা করি তৌনরবগে হাইনা হংলকই। খম্বালনা লোকমি লোকমি তৌরহ্নুনা শুম্নকই—"করিস্থু মত্তেদা, ঐখোই মুশীসিদি নিং-তবা শংতম ওমদে, হে নম্রে, শুকতম ঙমদে হাইনরম্লিবনি।"

"অহবু করি তৌরবগেনে, রাদো শেংনা হাইবুনে।"

অশংবীগী য়াসি তাবদা জাহ্নবীনা রারি লোইনা শারম্মী। অশংবীনা মরম খংলহ্নুনা মরু লুকখহ্নুনা ভাইহাক্তং খল্লি, অহ্নদগী হাইরকই—

"ইবেম্মা, নংনা ঐগী ইচাবু পুগে হায়রবসিদি ওক্তোকপনি। অসিগুম্বা য়াসি অমুক্তম্থু তাদরি। নংনা নপুক্লিং শেংলবা নপু-য়োইবনা অহুগা ননেম্মোক্না য়াগদবা লৈরবদি ঐগীদি করিমতা বেবা লৈতে।"

মাগী য়াসি তাবদা খম্বালগা জাহ্নবীগা মথোই অনি খুরুমহ্নুনা চংলগে হাইনা খোরক্লে। জাহ্নবীনা চিংমবা অমদি লৈরম্মী। অহুবু মপুয়োইবগীদমক খল্লুবদা কীবা করিমতা লৈরমদে। থোংথাং কম্না থারহ্নুনা মযুম য়োনবা চংলম্মী। শ্যামসুন্দরনা সিংজ্থোং-লোমদা মমাই ওল্লহ্নুনা শুকখরহ্নুনা লৈরহ্নদো মথোই অনিমক উরম্মী। অহুগা শ্যামসুন্দরদি মথোইবু উবা ফংলমদে। খম্বালবু খনমনখিবনা মহাক লাক্লবমক্তদা উবা ফংদবসি অঙকপা অমনি।

জাহ্নবীনা মাং থাৱরতুনা—থম্বালনা ভুং ইল্লতুনা মথোই অনি শ্যামসুন্দরগী কাদা চংলম্মী। শ্যামসুন্দরদি অহৎপাওবা চিন্তানা শুমহৎথিত্তুনা মথোই অনি চংলকপত্তু তারমদরি। অদুনা জাহ্নবীনা মথোল থেংনা মুংশিনা কৌরতুনা হাইরকই—

"ইবুঙো, নিংনবা ইপাক্তী ফজরবী য়েৌরক্লে। মাই ওঙো, চিন্তা থাদোকপা মতম ওইরে।"

শ্যামসুন্দরনা মাই থংলৈ-লৈথোরতুনা য়েংবদা—থম্বালবু উবদা হাইরকই—

"থম্বাল, নং করম তৌনা লাকই ?

"নংগী পুক্কিংনা য়োংচাবী ওইবনা ঐবু কম্না চিংলক্লিবনি।"

"জাহ্নবীনা কদাইদা থেংনরকই ?"

"ইচেনা ঐবু চৎলসি হাইতুনা নিংজফম লাই লৈবা মকুমদা পুজা তৌবা লাক্লবনি। ঙসিদগী সেবা তৌবা ফংজরগনি থনবদা ঐদি মুংঙাইরে। ইবুঙোদি ঐবু হঙোইবিবা হোৱবরা ?"

"কদাইদগী ? অদুবু জাহ্নবীনা য়াদরবদি—

মাগী ৱাসি লোইফাত্রিঙৈদা জাহ্নবীনা হাইরকই—"

"ঐগী মুংঙাইনবগী মশক ওইব্রিবা ইবুঙো, নংগী মুংঙাইনবগী মশক ওইরিবী অসিবু ঐনা য়াদবা লৈতে। ইথোংনা চংতুনা থিজরুরবনি।"

"মুংশিদা, জাহ্নবী। ইবেম্মা থম্বাল, নচে য়ানবা চৎলু, ঐ নথোই অনিমক্তনি।"

লৈকোন্‌মুংদা

মখোইনা অদুগা তৌনজিনৈদা শ্যামসুন্দরগী মমাদু—মচাবু অহুম্বীনা মনাবগী সেবা তৌবগা য়েংগে হাইনা চংলকপদা। শ্যামসুন্দরনা হাপিং অদু তারম্মী, চংদুনা খম্বালবু উবদা অর্থ থংলদুনা হাইরকই—"বহিনো, ইবেম্মা মহাক মচু-মচা কৈবা নিপাদা লৈনি হাইনা লাক্লিবনি ?"

মাগী মাহু তাবদা শ্যামসুন্দরগী কীবগা শক হজললম্মী, খম্বালদু ইকাইবগা মুংদুম তাবগুম চপ লেপ্লুনা লৈরম্মী। অহুম্বীনা মোমোন মোমোন নোক্লদুনা খম্বালবু খুং পাইদুনা চিংশল্লগা মনেম্বোক্তা থুরুমমিন্নরম্মী অদুগা হাইরকই—"অবোক, ইপুরোইবা নাবগী হিদাক ঐনা থাজবনি।"

## লাইরিক লেংবা

সেপ্টেম্বর ১৯৪২ ইং,

আজমীঢ়।

"চাওবা, অসি থাইশাক্তা পিরো-লাউ!"

অসি হাইদুনা তোমালনা মনাই নিপাদা কৌদুনা হাইরকই। চাওবনা প্রেং প্রেং লাকদুনা হংলে—

"কদাইদগী হৈদা ওইরবনো ইবুঙো!"

"চন্দ্রামু দেবীদনি। নং মখোইগী য়ুম থংইদনা?" অসুম হাইনা হাইনা চাওবদা চিঠি অদু পিরম্মী। চাওবনা "থংই!" হাইনা খুমম্মী।

"হৌজিক মহোসা পাঙৈ হাইয়ুকো। শোইবা য়াদে, কাওনিকো ইবো।"

"য়াম্না ফজি, কাওজরোই" হাইরগা চাওবদু চিঠি পুদুনা ইমুংদা চংখরে। অহদা তোমালনা হাইরকই—

"কদাইদনো অমুক ইমুংদা চংখরিবসিবো?"

"ফুরিং অমতা লিংকে তৌবনি।"

"হেরা, করি কায়বা, অহুম মচংলু। হৌজিক-কালগী অঙাংশিং অসিনা কেন্নিংবনা—। নংবদি মীনাই ওইদুনা খাংলে।"

মহাক্না চৈনা চৈনা চাওবদো ইমুংদা থুনা য়াংনা চংদুনা ফুরিং লিংলুরে। মানা খল্লম্মী—চন্দ্রাম্নু হাইবিদুদি মী থবাইগী পুক্নিং হুরিবনি; মাগী মমাংদা হৌরক্লিবা পাখংমচা পুম্নমক্না শক কজরবম্নু কজত্রবম্নু ফীজেং লৈতেংবদি নিংখিজনা খোমজিনগা চংকে লিংনরিবনি। অদুনা মানা করম্না কী শেগাইবা শেংদুনা চংকনি? মহাক্না লৈজবা ফুরিং টুইল অমতংদু লুনা ইত্রি তকদুনা খবরগী অমুকম্নু লিংনত্রিবনিনা মানা নিংবা থুংরে। কৈজোম অতৌবা ফুরিং ইত্রি তকপা লিং-খোংদুনা শ্রীমতী চন্দ্রাম্নু দেবী দর্শন তৌবা যাম্না তৌরকপদা মাজোলদা তোমালগা উনরে।

তোমালনা য়াম্না চংলিবা মনাইদু উবদা মপুক্নিংদা য়াথল য়ুংডাইবা পোক্লম্মী। মহাক্না মীনি হাইবদা চোপক্তে খল্লদুনা হাইরকই—"চাওবা, থুনা হল্লকউ, ঐ ডাইদুনা লৈদৌরিবনি।"

চাওবনা 'কবি হোই' হাইবগী রাথল মুংওাইরবদা তাওখদুনা চৎখিরম্মী। নহালমথৈ মহাক চন্দ্রাসুগা অমুক্তং রা শাংলেবা কংলবদি হাইনা লৈজররমনি, ওসিগি নিংবা থুংলে, চন্দ্রাসুগা রা শাংলবা অথুদগী মতুংদা শক থংনবা কংবা তারে হাইনা থল্লম্মী।

চন্দ্রাসুনা লাইরিক য়াম্না হৈবনে অদুগা ইনাকখুনবী অমা ওইবনে পাথংমচাশিংনা মথোইগী মুংশিবা লৈশাবীশিংগী মরক্তা থাবরসু মাগী য়ুমদা চৎতুনা হিদাক শাস্থকমক্তা থকলুবা ওয়দে। চৎকে হাইনা নিংথংলকপদা কদাইদগী তরাম তরাম তৌবিরক-বনোদা হাইহনা তোরুবা শাক্তনি। চাওবসু অসিগুম্বা পাথং-মচাশিংগী মরক্তা য়াওরম্মী। ওসি মহাক্না লাইরিক থিন্‌বা চৎপসি কুইনা নিংজররবা মতম—তাঞ্জা অমা ওইরম্মী। অদুনা মুংশাইনা লাক্লম্বনি।

মথোইগী কোম্থোং য়ৌবদা চাওবদো মশা-মউ মুম্না য়েংলম্মী, কয়িগুম্বা মোৎ-খোৎপা উফুল-রাইফুল চন্দ্রাসুগী মুংশিরবা মিং-তাহুনা মিংয়েং তাবা য়ারোইদবা য়াওরয়বদি হাইনা। মখোং অদু কম্থোক্তুনা মমাই মমিং অদু রুমালনা তৈথোকতুনা চন্দ্রাসু দেবীগী কোম্থোং লানশনবা চৌরে।

মহাক্না সুমাং য়োরবদা চন্দ্রাসুদো পাথং অমা লাকই হাই-বগীসু থৌ-থৌশানা অহুম মাঙোলদা লাইরিক ইতুনা লৈথোক্লম্মী। মহাক্না মাঙোল মচি য়োরবদা চন্দ্রাসুনা মমাই হাইগৎলক্তুনা হাইরকই—

"করি ভইরবনো ?"

"য়েঃ কৈন্ম মচ্চদে, ঐখোইগী তাদনা চিঠি অমত্তা পিরু হাইদুনা লাকপনি ।"

চন্দ্রাম্বুনদি মাবু মশক খংলমদে। অদুগা মানদি মাবু খংলমগনি হাইবা শারদুনা তৌরম্মী। অদুনা চন্দ্রাম্বুনা হংলম্মী—

"তাদা হাইবদি—?"

চাওবনা খুমম্মী—ঐখোইগী তাদা তোমালননি। লাইব্রেরি অসি পাবিরগা মরোল খংবিগনি।

অসি হাইদুনা চাওবনা মাফোল কাখৎতুনা চিঠি অদু চন্দ্রাম্বুদা পিরম্মী। চন্দ্রাম্বুস্থ চিঠি অদু লৌরগা ফক অমা থাদুনা চাওববু ফমহল্লম্মী।

চিঠিগী মরোলদি অসিনি—

ইবেম্মা চন্দ্রাম্বু,

ঐনা লাইব্রেরি অমা লেংজৈ। ইবেম্মদি লাইব্রেরি ই-থোংপা য়াম্না তৌরিবনি। অদুনা ঐগী লাইব্রেরি অসিমতং অমুক্ত পাবিদুনা অকাই-অতোই অশোই অঙাম তাকপিরবদি য়াম্না ফুংজাইজগনি। অদুবু ইবেম্মগী মতম শংত্রবদি ঐনা অদুক য়াম্না ওৎচনিংদে। করিগুম্বা শংবিগদোবা লৈরবদি খর তাকপিরকউ। ঐহাক লাইব্রেরি অদু থিনজরকে। ইতি—

নহাকী—

তোমাল

চিঠি অসি পারগা চন্দ্রামুনা মরোল অমা তল্লা ইরম্মী। মহুদি অসিনি—

তাদা

তাদগী চিঠি ফংজরে। তাদগী লাইরিক পাজো হাইবদি ঐগীদি লাইবক কবনি। তাদনা য়ানা লোংবিরকত্রবস্ থৈহাক হেক্তা লাকচগে। তাদনা শংগদবা মতম অমা হাইবিরকউ। ওসি ওইরবস্ হয়েং ওইরবস্ ঐগীদি ইশং শংজে।

অয়োইবদা ঐগী থরাই-হকচাং য়াওনা খুরুমজরিবসি লৌবিগনি হাইনা আশা তৌজে। ইতি—

নহাক্কী,

চন্দ্রামু।

২

চাওবনা পাও অমুক তলহল-হন্দুনা চন্দ্রামু অহ লোংঙাল্লগা অমুক্তা হাইনবা মতমদা তোমালখোইগীদা খোংদাররে। তোমাল অহু চন্দ্রামু লাকনি হাইবগীদমক ইমুংদা কীরোন হোংহুনা মশম-মনা নিংথিনা হাংতুনা লৈরম্মী।

চন্দ্রামুনা য়োক্‌কুবদা চাওবনা কৌশল্লহুনা কীদা থারম্মী অল্লগা হংলকই—

"খুদোং কানবরা?"

"ঐ তৌজদে, তোবিরুমু য়ানবনি!"

"করিগী য়াকুগবনো, কাল্লবদি ভাস্তক অমতা হাঞ্জকগে।"

"ঐ খকচদে। ভাদম্ লেংখৎল্লিবরা ?"

"হৌগংলে। কী শেৎলি।" অসি হাইরগা মচিনগা বরিংকা নোক্লমগা ইমুংদা তোমাল কোৎখোকপা চংখরে।

চাওবা হাইবা পাখংমচা অদু লাইরিক হৈতবা লাইরবা মচা ওইহুনা মাংজরবসি হাইনা খল্লাইনদি মরোবা, অদুগা শক চু-দা য়েংলবদি চন্দ্রামুগুখী লৈশাবী কয়া কয়া লাং খাকপা ওবা পাখং অমা ওইরম্মী। মহাক্কুনা মহাক্কী কাজম চাদবহুদা ঙাওহুনা কায়দে হাইহুনা তোকচরম্বনি। অদুবু চন্দ্রামুখী মফমদদি মহাকসু মাইথিবা কংলয়ে। অদুগা চন্দ্রামুখি মহাকপুদা মাইথিবা পিরগা তোকপরা ? নত্তে, মহাক্কী মখুত্তা চন্দ্রামুখসু মাইথিবা কংলম্মী। মহাক্না ইমুংদা চংলমদাইদা নোক্লম্বা মীনোক অদু চন্দ্রামুখী খঙ্খোই-মুংদা মরা তারয়ে।

চন্দ্রামুনা খল্লম্মী,—চাওবনা তোমালগী মতিকচাবা মনাও লাইরিক হৈবা ওইরমগনি। অদুম তোমালগা ভিমরবদি শোইদনা চাওবগসু অত্তনা উলরকপা কংলগনি হাইনসু খল্লম্মী। মপুক্লিংদা মুংঙাইবনা মিত্তন তং-তং চোংলদুনা তোমাল থোরকপা ভাইরম্মী।

তোমালনা মথরাহ য়াম্না মুংঙাইনা থোরক্লুনা মোমোন মোমোন নোকতুনা হাইরম্মী—"ইবেম্মা, লেংলক্লে। ঐগী লাইরিক-শংদা কমসি, লেংশিল্লকউ "

চন্দ্রামুনা হৌগৎতুনা তোমালগী ভুং-ইম্না চংখরে। মখোই অনি কন্মিনরবদা তোমালনা মহাক্কী লাইরিক পুখোরক্লে। মহুদা

য়াওরিবা য়ারিদি অদিদি—লাইরিক লেংবা নিপা অমনা মশক খংনদবী লাইরিক লৈবী মুনী অমা মুংশিরম্মী, শক খংননবা উপায় লৈত্রবদা লাইরিক লেংবহুনা মহাক্তী লাইরিকশিং অদু থরা পাবিয়ু হাইনা হাইরগা শক খংনবা হৌরম্মী অদুদগী অম্বুম অম্বুম তিত্র-রকপদা মখোই অদিদো কোম্বুংদদি অমক্তা ওইত্নুনা মুংশিবগী থুরবা ইপাক্তা অরা মুংতাই কংখিত্রহুনা তাওরম্মী।

য়ারিদি পাবগা চন্দ্রাস্নুগী মপুক্রিংদা কবি থনগনি হাইবহ তোমালনা খাঙ্গৈশেংনদি খংদে, অদুগা থলহন্নিংবদি তোমালনা মহাকপু মুংশি হাইবসিনি। চন্দ্রাস্নুনহু অপংবী মুপীমক্তি নওবন' মপুক্রিংদা চিংনরম্মী। হন্দক্তী অসি মহাকপু ফানবা লৌশিং অকোইবা ফজবা ওইরবমাগ্নে হাইনা মহাক্তা থল্লম্মী। অদুবু থল্লিবা য়াথলতুদি পাক হাইদোকপদি য়াদবনিনা মফৈ অময়োমদা য়ারি শাহুনা হাইরকই—

"তাদগী লাইরিক অসিদি য়াম্না মুংতাইখ্রবা অমনি।"

"থংদেদা ইবেম্মা, ইবেম্মাখোইদা অদুক ঐবু মুংশিরিবগী হাইরিবা হাইবহুনি। ঐদি কয়িদু হৈবা নত্তেদা।"

"কনা কনাদি পাহল্লে?"

"কনাম্বু পাদরি, ইবেম্মদনি।"

"ইনম্মনদি পাররিরিদবা?"

য়াদি হেক তাবদা তোমালহু শুকথথয়ে। ওইহাক ভুমিন্না লৈরগা হাইরকই—

"ইবেম্মা, ঐদি চুপী লৈজি।"

"লাইরিক লেংবদদি মী পুম্নমকপু চুপী খিহল্লগা তাদনী ইশাগীদি করিমত্তা হোৎনজ্রিবা করিগীনো ?"

"লাইবক লৈত্তনদি য়াবা নত্তেদা ইবেম্মা। ইবেম্মখোইগী অচুবা ইদা থবা খিবিরকউবা। কনাগুম্বা ঐখোইদা লৈনিংগদৌবা লৈরবদি ঐ অহল-লমন থারকে।"

"য়েংগে তাদা।"

"অচুদি কদৌডৈ পাও পিগেগে, ঐ মী থারকে।"

"নোংমা তাদখোইগী ইনাওনিপা নহাল ঐখোইদা থারকপচু থাবিরকউ য়ানি।"

"য়াম্না ফরে, অচুবু ঐগী লাইরিক অসিবু করম তৌগেনে।"

"ঙসাইনা হাইজখরে, অসোই-অঙাম করিমত্তা লৈতে। অচুদি ঐ হৌজিক চৎচবা য়ারগদরা ?"

"ফরে, ইবেম্মা, চাওববু খিলহনগে, ইবেম্মদা লেংবদি ফত্তে। অসি হাইদুনা চাওবনা চন্দ্রাম্নুগী ভুং ইন্দুনা থোরক্লে।

৩

চন্দ্রাম্নগা চাওবগচু লম থরা ভুংথা-মাংথা চৎমিন্নরগা নাকল য়েংলোম-ওইরোম ওইনা চৎমিন্নরে। মথোই অনি অমনা অমদা বা হৌদোকদবা ইকাইনরে। অচুবু চাওবনা নিপানিনা হায়না হৌরম্মী—

"ইবেম্মবু. নিপা নবা লৈবিত্রিবরা ?"

"লৈজবেবো, তাদা। লৈগে হাইবদি ত্তৌরে।"

অদি তাবদা মপুক্লিং চিংনবগা থুংভাইবগা অদি পোক্লে। লৈগথোরে হাইরিবসিনদি মহাকপু ওইরম্মু হাই থবনদগী থুংভাইরম্মী, অদুবু মপা মমানা খিবরা নত্তগা মাবুরা খংদবনা অমুক থুংভাইরমদরে। অদুদগী মপুক্লিংগী চিংনবা কোকনবা হাইদুনা হাইরকই—

"ইবেম্মা, য়ায়োগদবা য়া অমত্তা হংগেবো ?"

"তাদা, করিগী য়ারোগনি ? অমত্তা নত্তে, য়াম্না হংবিয়ু। করিগুম্বা ঐখোইগী য়ুম য়োবা ফাওবা হংবা লোইত্রবদি ঐখোইগীদা লুক হাবিখো অদুগা হংবিয়ু। ওকুনবা হংলগা য়ুম হনবিখো।"

"কনা ওইরবনো লৈরে হাইবদুবু ?"

"মদু য়াম্না খংবিনিংবরা ? অদুদা য়া অমা লৈরেনে তাদা।"

"করিনিনা ?"

"নিপাদু ঐদনা পামজবনি। মহাক্তি ঐঙোন্দা নোকপদগী কেম্না করিমত্তা হাইদেনে।"

"অদুবু ইবেম্মনা মঙোন্দা চু-পাইবমথৈ পাইরগে হাইরবরা ?"

"হাইদে, মহাকনা য়াত্রবদি ঐ করিম্ম গত্তি লৈতে।"

"কনানোনে।

"করিগীনো তাদনা অদুক য়াম্না তকপিরিববো, তাদনা মঙোন্দা য়ানবা হাইবিগে হাইবরা ?"

"ইথেম্মনবু হাইমু হাইরবদি করিগী হাইদনি। অদুদা অদুক থংনিংদুনা তৌবনি।"

"অদু থংনবগীদমক্তি কায়দে তাদা হাইদোকখ্রুনা। হাইজ-রগোই।"

মথোই অনি অদুম্না হারি শারগা ভুমিন-ভুমিন্না চংমিনরম্মী। অদুদগী চন্দ্রাম্নখোইগী কোম্মোং মৌরগা চাওবনা হাইরকই—

"মা থংনিংবদু তাকউ য়াদরে, য়ুমদু মৌরে, অদুনা ঐ চৎচরগে ইথেম্মা।"

"ঐখোইদা ভাইহাক কম্মুথিসি করিদোগে।"

"কম্বদি য়াম্না কমজনিংলিবা পোৎনি। অদুদা কমহল্লিং-লোইদরা হাইদুনা তৌরবনি।"

৪

চন্দ্রাম্নগা চাওবগা অনিদু চন্দ্রাম্নখোইগী য়ুমদা চংদুনা লাইরিক তৌকমশংদা কম্লরে। চন্দ্রাম্নগী মমানা কনানো ইবুঙোসিদে হাইনা হংবদা চাওবগী মশক তাক্লগা চন্দ্রাম্নুনা হাইরকই—

"ইমা, তাদসি ওসিদি ঐখোইদা চাক চাথিসি হাইদুনা পুরক-লিবনি। কবি করিনো ঐখোইগী লৈজবা থরা খোংনবা তৌসি। ঐ ইরুজরুরগে।"

"ওম্মোকপনিদা, ফেঞ্জাং হাওরোইদবা মুমিং অমদা চাবা তারেদো। হোই, হাওরম্-হাওত্রম পংচা থরা চাবা হাইবদুনি ইবুঙো, হারোনবা য়াবা নত্তে।"

মৈরেকোমদুগুনা।

থোকাওবনা সুংঙাইমনখ্রগদুনা খুমল্লম্মী—"এঃ, কম্বিদৌনা অদুগীবু অদুক য়াম্না য়ানা থনবিরমবনো ?"

চন্দ্রামুনা চাক থোংলিদুনা চাওবদু লাইব্রিক পাও হাইদুনা ইংরেজীনা ইবা লাইরিক অনিথক পিরম্মী। অমদা সুংশি-সুংঙনবগী উপন্যাসনি, অমনা জঙ্গলদা শা-কৈ মরক্তা চৎপগী য়াম্বিনি। অপাম্বা অমা পাশন্থু হাইদুনা পিবনি, অদুবু চন্দ্রামুনা য়াক্তা অমদি তৌরম্মী—"উপন্যাস অসি য়াম্না সুংঙাইবনি। মসিদুম পাথোকপিয়ু তাদা। তাদথোইগী তাদা তোমালনা লেংবা য়ারি অদুগুম্বনি, চপমান্নে হাইবা য়াইমা।"

চন্দ্রামুনা অদু হাইরগা মপুক্লিংদা থগৎলম্মী—মহাকী পুক্লিংগী য়াদি লাইরিক অসিনা হাইরগনি।

চাওবনা কগনি পাজগে হাইরগা লৈহৌরে। লাইরিকশিং অদুনদি ইংরেজী লোন্দা ইবনিনা অদুগা মহাক্ন্দি ইংরেজী মনা মতা হৈত্তবা লিপানিনা লাইরিক পাবদি থমখ্রদুনা অনিদুগী মরক্তা কয়ম্বনা উপন্যাস-জুনো হাইবা থংলমদরে। অদুমকপু করিগুম্বা অমুম লৈথোকপদি ফংতরে হাইদুনা লাই য়াওরিবশিংদো ফাক ফাকদুনা য়েংলম্মী।

লাই অমদা মহাক্না উরম্বদি অসিনি—সুপী অমনা লেপ্লিবা লিপা অমগী মথোংদা থুরুমদুনা লৈরম্মী। লিপাদুনা মুংশিবগী মীনোকনা মথুংনা সুপীগী মকোক্তা নাল্লম্মী। অদুদগী চেনা অমদা লিপাদুনা সুপীদুবু মথুং ওইনা কোন্নদুনা মথুং য়েংনা মথদাংদা

পাইৰছুনা মৰাইদু লিকপগী মতৌগুম্মা লৈৰম্মী। মতু উবদা চাওবগী ৱাম্বল অমা পোক্লম্মী। মপুক্লিবা ফুংগাইৰছুনা হকচাং পুম্নমক কাওজদা ফুম্ফুংলম্মী। চন্দ্ৰাম্বুগা মাপা অনিসি ওইৰবদি ফুংগাই-গৰবনি থৰথাক্লমি।

লাইহাৰক নৈৰমগা চাৰ চানবা ইরুজকরো হাইনা চন্দ্ৰাম্বুনা হাইৰে, অদুগা রা অমত্তু হংলম্মী—

"লাইৰিক কয়াম্মা পাৰে ?"

"হেরা, ইবেম্মা, কোক ডাওগুম কৰিগুম্ব তৌৰনা লাইৰিক পানগা পুক্লিং চংবা পোং নত্তে, লাই য়েংদুনা লৈথোকলে।"

লাইৰিক পাৰম্মিংবদু পাত্তে ভাবদুদা চন্দ্ৰাম্বুনা মথৰাই ফুংগাই-ডনুমা শক হজনগে তৌবদা লাই য়েংই হাইবন্তুদা হজনদৰে। অদুদগী হংলকই -

"লাইদি কৰি কৰি য়েংলে ?

চাওবনা লাইৰিক অদু ফাক্লদুনা মথাক্লা ওসাই থৰাই পোক-খিবা লাই অদু চন্দ্ৰাম্বুদা উংলম্মী। মদু য়েংলগা চন্দ্ৰাম্বুনা মমিংকা চিনখানগদা খোইরুম খোইরুম নোক্লম্মী। অদুদগী নোককেং তৌৰগা হাইৰকই—

"মুৰে, তাদা, ইরুজবিরুরো, চাবা থেংথরে।"

মথোই অনি চাবা লোইৰদুনা লাইৰিকশংদা অমুক কয়ৰে। হদাক্লিচন্দ্ৰাম্বুরো অদুক য়াম্মা ফুইনা থৌগৎনবগী থৰক লৈৰমদৰে। মথোই অনি ৱারি অমা অমা শাহনা লৈৰে।

৫

অসোকনা তোমালনা চাওবহুত্ন লাকত্রে হাইদুনা ভাইদি। চন্দ্রাসুনা চিঠি অমত্তং থাবদা মী অতৈ চংশবুঙ্গি মহাক্কা চংশনা কপনি হাইনা থনবনা থোইবাং থোইশাওনহুনা খাল্লা বানা ভাই-দুনা লৈবাকগী ভাইবা ভমকত্রদুনা মথোংমক্কনা চংহুনা কোইকপে নিংলম্মী। চন্দ্রাসুনা চিংবসিদি কয়াম্মুক কন্নবগে হাইবন্থ কীবোন লৈজবা থাইদগী করা শেংহুনা চংনিংলম্মী।

মতৌ অম্মুম তৌহুনা চন্দ্রাসুগা চাওবগনা বাক্সি হুংভাইনা শাবিতৈদা তোমাল লাকলে। মী লাকই হাইহুনা চন্দ্রাসুনা থোরকপদা তোমাল ওইরম্বহুনা কৌশল্যবা য়াঝহুনা মাঙ্গোলদা মোড্ডা অমা থারহুনা ফমহল্লে। হিদাক ভাহুক অমা হান্নুগে হাইনা চংলগা চাওবদা তোমাল লাক্লে মপাল থোরকম্মু হাইনা হাইরম্মী। অহনবী হিদাক হান্দুনা পুথোক্লগা তোমালদা পিরম্মী অহপা হাইরকই—

"তাদা, কদাই কদাই লেংলুরে?"

"ইবেম্মা, মরুপ-মপাং অম-নি উনবা চংলুরনি। অম্মম লাকপদা লম্বেল থোক্লে হাইহুনা ইবেম্মখোইদা চংলকপনি। ঐখোইগী চাওবহুত্ন কদাই চংথরবনো মুমদা হন্নকহৌজিনিনে। মাবু কদাইদা চংকনিকা হাইরম্বগে, হাইরম লাক্লমকবা?"

"হাইরমদে, তাদা। মসাই ঐখোইগীদা হিদাক ভাহুক অমা থরম্মগা চংথরবনি।"

চন্দ্রাম্বুনা অমুক মায়' থৌনা কনা হাইদ্রিবগি—মমা পুহোংবা অমা চৎখি থেংনা হল্লকপবনি, অমুনা কনাম্বতনা মাগী মীনথমু কাখিনবা লৈরমদে।

অমুপগী তোমালনা খিলাক থক্লগা হুংশিবনা থুম্নবা থোল্লা ভনিক তনিক হাইবগুম হাইরকই—

"ইবেম্মা, ঐগী লাইরিক অমুবু কোংলুম্রগা কনামত্তা পাখি-নিঙাই লৈতম্মুনা তোঁল্লদরা? ঐম্মু কীখনা লোইরেনে।"

"করিগী লৈতগবনো? কোংবিয়ু, নহারোল মমাম্না মাম্বা পানিংগনি তানিংগনি। ঐদি হেক কোংবা হুমিত্তা অমা লৈগ-দৌরিবনি।"

"এঃ, করিগী শেল তিংনবা, ঐনা অমা অয়ামল ওইনা কচ্চগনি। ঐদি মহুদি লাইরহনা—। হম্ তোকলগে হাইরোই।"

চন্দ্রাম্বুনা মচিনবান্দা মোমোন মোমোন তৌরম্মুনা হাইরকই—"করিনো হাইবিয়ুনে। কদোবিরবগে বা হোদোক্লম্রগা তোক-পিরগনিবো?"

"মায়দি হাইনিংলে, অমুদা শাওগদরা হাইদুনা কিরবনি।"

"করিগী শাওরদগে? হাইবিয়ুনে।"

"হাইরগে অমুদি।"

"হাইবিয়ুনে তাদা।"

"ইবেম্মা, শাওবা য়াদেকো? লাইরিকচুদি অমাইথোকনি ইবেম্মগা শক থংনানিংদ্রনা লাইরিকী বা পুশল্লুবদনি।"

কন্না। য়াবো, ঐ কৌৎফিক পাঙ পুন্না চংথরগে। অদু ওইরবদি থেংনা হল্লকই হাইদুনা মপুনা মনাইবু চৈথহ্ হসিদি ইবেম্মনা কোকহল্লগদি।"

"করিনোনে, তাদা? মনাওনিপাবু মনাইদৌনা শিজন্নবনা?"

"ইবেম্মা, ঐহাক মনাও নত্তে। লাইরবা শীতং-পাতংপা মচানিনা মীগী ময়ুমদা মীনাই শাদুনা লৈবনি।"

বাহৈ অসি তাবদা বজ্রনা মকোক্তা তান্নকপওম 'ওঃ' হাইনা লাওরগা লৈপাকথক্তা তুশখরে। চাওবসু ইঙক ওক্রহনা কোন-থংতুনা লৌবাইদা থম্ব কাম্বা লাক্ররম্মী। তাইহাক লৈরগা অমা তাবদুনা চাওখরোমদা কনবিয়ু হাইবা মিংয়েংনা য়েংলদুনা লৈরম্মী।

অহুদগী চাওবনা হাইরকই—"ইবেম্মা, কমুংদা পোথারুবনা কংলোইদরা?"

"তাদা, ঐ করিস্থ তৌদে।"

"করি তৌরবগে তৌরিবা মতৌসিবু? ঐদি মকম অমতা থংদরে।"

"তাদা, নংবুনি ঐনা থরাইবা তাবদি।"

"অহুবু মীনাই মচানি ঐদি, অহুগা তাদগী কা-দা ঐনা য়েংপহ্ন য়াবা নত্তে। অহুগা লাইরিক হৈঙবা তুমিং কাংওবা করিমতা থংখিদবরা তীবনি। ইবেম্মগুম্বী লাইরিক হৈবী অমা লৈরবীনা লেবা তৌবদা মতিকচাবা নত্তে।"

"করি য়ানো তাদা, মুংশিমবু মহৈনা থক ওনবা য়াবরা ? লাইরিক, জ্ঞান হাইবছুদি মুংশিবগা চাংদময়রবদি স্বর্গগা পাতালগা খেন্নবগুবনি। লাইরবদি মুংশিবা খংদরা, লাইরিক হৈতবদি মুংশিবা য়াদরা।"

"ইবেম্মা, নংনা ঐবু মুংশিবগী হাইবনি। অদু মী খাইনা তাবরদি নংবু অডাওবনি হাইগনি।"

"মহুনি ঐনা পামজবা। য়াথাগুম ডাওবা, য়াথাগুম ইকাই-ইকি থাদোকপা, য়াথাগুম অহল-লময়া চৈবা কৌদবা অদুদনা মুংশিবা মপুং ফাবনি, মদুতনা কৃষ্ণ কংবনি।"

"ইবেম্মা, ঐখোই লাইরবদি কৃষ্ণ ওইবা য়াদে।"

"অদুবু তাদা, ঐবু মুংশিদরা ?

"য়ায়া মুংশি। মুংশি হাইবগীদমক বা অমুক য়ায়া ডাংলিবনি তারিবনি।"

"অদুদি ঐগী লিংবদি কাইহনগদ্রুদনা ?"

"ইবেম্মা কাইহনবা তারে। য়ারোগনু। নংনা ঐবু মুংশিরবদি ঐনা হাইবসি য়াও।"

মপি তারুদুনা হিক হিক লাওনা কপুনা চন্দ্রাম্নুনা লৈরম্মী অদুগা চাওবনা গুকথয়দুনা মাগী কৌডমহু য়েংলম্মী। অদুদগী চন্দ্রাম্নুনা হাইরকই—"তাদা, অদুদি নংনা লিংবা থুংলো, মতোম্দা—"

"ঐনা শোইদনা পাও পিরম্বনি। হয়, ঐনা নংবু পুন্না

